# অশৈবগী নিতাইপোদ

অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ

খোৎর্জেগী থুয়েক—

নবেম্বর ৭, ১৯৭৫—জনুয়ারী ২২, ১৯৭৬

অইশেবগী নিত্তাইপোদ
মৈতৈ অইশেবগী প্রেমতম্না
শক্তমনা 'পিয়ে খাদোই'গা
'লুংশি রাথৈব'গা অনীমা
অঙনবা প্রেমকাহানি।

উগানি সিদা
অপামগী শক্তম,
লুংশিবগী শক্তম
অনীগী মরী।

# অশৈবগী নিতাইপোদ

অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ

খোৰ্জেংগী থুয়েক—

নবেম্বর ৭, ১৯৭৫—জনুয়ারী ২২, ১৯৭৬

ফোঙবা — খোর্জ্জে মশা।

খুৎনম — অহানবা ( লীশীং অমা চামাপল হুম্ফু তরাতরুক, )
অনীস্ুবা ( লীশিং অমা চামাপল মরিফু নিপাল, )

লাইরিক মশীং—৫০০ ( চামা )

স্বত পুম্নমক খোর্জ্জে মশাগীনি।

মমল—লুপা ২০ ( কুন ) দনি।



ফংকম—মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল ;
অইবা মশা।

# য়াহৈ অম'নীদং

খ্রীষ্টগী কুমজা '৭৫ গী লোইরমদাইনি; নবেম্বরগী তাং ৭, ঈরাই হুমিৎকী অয়ুক্তনি। ফম্মি ঐহাক তুমিন ইতি-কুমদা; থম্ল. পুনশিগী লোইশিল্লকপা মতাংসিদা করি ফোঙ্লম্বা! অশেবগী শৈরোল হায়ব'মগা অশেবগী শৈরোই হায়ব'মগা—শৈরেং লাইরিক 'নীদংদদি ফোঙলমগে লেপকুম তৌরি। তাঙ্গাসিদা থংনিং নীংশিংলকথি শৈরেং অম'—ইথিবা ঐনা থায়নচৈ।

পিথাদোই কৌই শৈরেংচু, কাবক শাংই। ইন্টরমেডিয়েট্কী ইহান হান্না চহী কুন্দগী হেন্না পাঠ্য ওইথিবা ঐগী বসন্ত শৈরেংগা ষ্টেপ্টিং কমিটিদা খাগৎমিন্নবা শৈরেং খুজোক কৌবা লাইরিক্মদা য়াওবনি। হৌজিক্তি মাঙ্খ্রে লাইরিক্মি ( অনীশুবা লাঙ্গাওদনি )।

শৈরেংসি নীংসিংলকপদা নীংসিংলকথি ঐগী কুইনা কাউথ্রবা ইকুপ, চুংশিথিবা অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ। শৈরেংসি মানা য়ান্না পাম্মি, অরাক্ খুদিং পাই, অপা খুদিং 'ফজনহায় মাই ডিয়ার' হেক্ত হায়। ঐনা নোংমালগী চুংশিং চঙরিনি হায়রগা ইশি শিনা হেক হেক নোকই। ইকুপ চুংশিথিবা নীংসিংলুবগা শৈরেংচুনগা ইশাগী খোয়দাব'মগা ওইথিবগা ঐডোন্দা ঈথৌ'মা পোকথি—লেপথি, য়েংগে অমুক্তং পানথৎপা য়াবরা!

নাংসং নীংসং নোংমা নোংমগী, অশং অশং তাঙ্গাদা, থরা থরা অসুম ইবদগী ঙসিগী পিয়ে থাদোই অসি পোকথি। শৈরেংসি ঐনা ফোঙলমগে লেপকুম তৌরুরিবা লাইরিক মওং 'নীচুগা মুকচু চুনদে হায়বা উরে। পরেংনগা চাম্মরিমুক্তগী ওই, মতোমদ ফোঙবসু য়ারোইদোরে অরাব'মা

ওইখি। মমৈথংদা ফোঙমিন্নবা য়াবা, শাংতক তৌবা মুংশিন্নগোলগী ৱারী'ম শরুগে লেপগি—নীংসিংখি ইতিবেন-চলাম্বগী মৈখুনা ৱাথৈবা মুংশি-খোঙফম।

ডিসেম্বর ২৪, '৭৫ য়ুমসকৈসা মুমিত্তগী জান্নুয়ারী ২২, '৭৬ শগোলশেন মুমিৎ ফাঙবদা পৱেং লিশীং অমা চাত্তরুক লোমগী মুংশি ৱাথৈবা কৌবা প্রেমকাব্য মচা অমা থোকখি।

পিয়ে থাদোইগা মুংশি ৱাথৈবগা অনীসিনা অঙ্গ ওইরগা অশৈবগী শৈরোই হায়না ফোঙলমগে লেপকুম তৌরুরিবা লাইরিক্কা চুননা অশৈবগী নিতাইপোদ কৌডুনা ওসি ফোঙলিবসিনি।

মৈতৈ অশৈবগী প্রেমতত্বগী মঙালদা অপামগী শক্তম, মুংশিবগী শক্তম অমদি অনীগী মরী পান্দুনা শকপনা নিতাইপোদ 'সিগী শৈশক্নি। মাঙদনা কালিদাস, তুংদনা বৈষ্ণবকবি—অনীগী শৈশক্না মৈতৈ অশৈবগী শৈশক্না চুনতুনা য়েংবদা অতুম চুশিন্নজে, তাহেন কৌবা লৈতে উৎপনা নিতাইপোদসিগী শৈশক্নি। ইতি

খোর্জৈ

# খূদোল তম্বা

ইমাগী অশৈফম কাম্লিবা
শৈরাং থোৌগল্লিবা খিবিক্ম্না
তম্লি খূদোল নখোাই কা।
মৈতৈ অশৈবগী প্রেমতত্ত্বনা শক্তম্মরবা
পিয়ে থাদোক্লগা ম্পুংশি রাখৈবগানা অঙ্গলনা
অশৈবগী নিতাইপোদ—
শিম্মরম্মু চারোন্দা
মথং মথং শূরোন্দা
অশৈবগী প্রেমতত্ত্ব !

থোাইজ্জে

# হিরম লামায়

# অশৈবগী নিতাইপোদ

## পিয়ে থাদোই

১

ঐদি খোইরেস্তাক্তা পোকপনি,
কৌনৈ মীনা ঐবু পিথাদোই
শোঙ্গকুমল হৃৎশি মকোলোয় ।

বসন্তগী লোয়িন ওই
মালেম লৈকোয় থুংনা কোয়
তঙাং লৈশাং তম্বা লৈদ থি
লেঙ্কে চেক্লা ওইবা ইপুন্সি ।

কৎলুই থম্মোই অদ্ৰুৈ কনাগুম্বী হৃৎশি কা,
থংথি মীচৈ চাবদ হৃৎশিকুমল মাগী কা,
মীচৈ চারে চানা 'দ্ৰুম থম্মোই মানা হৃৎশিথি,
খোঙথাং খুদিং পুন্সি চুপ হৃৎশি-পূজা কচ্ছথি ।
মহাকথংনি ঐহাক্লা চেক্লা ওইনা পোক্লকপা,
মগুংলাংনি ঐহাক্লা মালেম থুংনা কোয়রিবা ।
চেক্লা ইপোক য়াম্লক্লে হৃৎশি মাস্থ মমথরে,
থম্মোই মানা অদ্ৰুবু কাউন্সি কোবা মঙমন্দ্রে ।

বসন্তগী শউম ফং
তভাং তনৌ লৈশাং তম্ন
জগোইজবা লৈরাংদা
পাম্মু মাগী মমি তা
য়েংবৈজে পেন্না ইথম্মোই।
চুংশি-মঙলান তম্ন মঙ
শকচৈ কোলোয় চুংশি-পিথাদোই,
থাদোই থাদোই পিথাদোই।

মলয়ানা কাইহোক্ল
কোকিলনগা পাউপুক্ল
উরীরৈনা হেদোঙ্গ
হরাউ-তুজুং-উকোঙ্গ
শীঁঙেল-শন্নাং হাইনা চুম
হেম্মোইজবা তন্ন উ
ঙংবৈজে চেক্লা ইথম্মোই।
চুংশি-মঙলান তম্ন মঙ
শকচৈ কোলোয় চুংশি-পিথাদোই,
থাদোই থাদোই পিথাদোই।

তলা উকোন হেন্নরৈ
লোইবি চীঙ্গোল ঙান্নরৈ
মেলৈ লৈম্না নোংজুম্পাল

তনৌ তমেং ঙৈংনা ভাল
শীঁঙেল-শম্নাং হাইনা হুম
হেম্মোইজবা তন্ন উ
ঙৈংজৈ চেক্লা ইথম্মোই।
হুংশি-মঙলান তন্ন মঙ
শকচৈ কোলোয় হুংশি-পিথাদোই,
থাদোই থাদোই পিথাদোই।

ঋতু নিংথৌ লোয়িন ওই
মালেম নৈকোয় থুংনা কোয়
লেঙ্গৈ অম্থম 'ভুনা ইপুন্সি,
চেক্লা ওইবা ঐগী ইপুন্সি।

২

মহাশ্বেতা হুংশিক্থ হুংশিকমল শিরাপ চা,
তেনবা ওইনা পোক্লফাও মথম্মোইনা হুংশিজ
'ভুডৈ বৈশম্পায়ন্না হুংশি মাবু ঙৈথো লাং
পাম্মু মাগী মায়গৈ তম পাইজবগুম পুম্পা
শাক্কি ঐম্থ ভসিদি পাম্মু মাগী শাৎনরম
চেক্লা ঐগী পোক্লকম কেগে হুংশি-ইরমদম
থাওত্রা য়েংগে কবিন্থং কনাগুম্বী নাংথিবী
লৈমরোলগী জগোইদা হুংশি-শামান্নজবী।

নোংম চৎলম্মি চৎলম্মিদো চৎলম্মি নোংম,
হুংশি চেংলৌ'ম চেংলৌনিনে হুংশিবা অমা,
কেগে সিদনি সিদনিনে লৈময়োম্বিদা
হুংশি-ইরমদম পাম্মু মাগী শাৎনরমসিদা।

থাদোই কোলোয়নৈ থাজলক্তা থাদোইনি থাদোই,
ভাঙোইলৈমম্মু হুংশি মাবু লৈমনি ভাঙোই।
তোমথিল লৈরাংনি হুমিথানি সনা-ঈ-কোন্দা
নুংগাই তম্ফানি লৗক্লাং পরেং লৈমরোল লেংদা

থম্মোই মানা মিতাজরুই মিতা মাগী কাদা
থব্লাই মানা মিহৌজরুই মিহৌ মাগী কাদা।
পুরৌং-খোইমু লৈহিপাম্বা ঙংজরুইদো তত্ত,
লাংজবনা লৈহি ঈথৌ খোৗরাং মাগী কাদা।

শকচরুইদো হুংশি শৈরোল নাঞ্চিরা কয়া,
ফাঙমদবা থম্মোই মানা লৈবাকখোরা কয়া।
তেংথাজরুই কয়া অমা "হুংশি মাবু থল্লু,"
পুঙমদবা থব্লাই মানা "পাম্মু নংবু য়েংউ!"

হাঞ্জিখিদে নাঞ্চদা হুংশি মানা করিক্লং,
হানবিখিদে থম্মোইদা পাম্মু মানা কদৌক্লং।
য়াবা কৌবা লৈখিদে 'ভবু থম্মোই মানা কাউ,
হুংশিরিবসিনি ওঃ হুংশি হুংশি হৌজিকফাও।
থম্মোই মানা কদৌক্লং য়ারোই হুংশি মাবু কাউ,

হুমিথানা মুত্রিদৈ ইপোক চাম্ম ওল্লফাও।
লৈরাং লৈখোং য়েনা য়ে মালেম লৈকোয় থুংনা কোয়
শকচগনি মকোলোয় থাদোই হুংশি-পিথাদোই।

৩

ঈঙৌপানবা শাগৈদা ঐসে সনা লিকথাংনি,
লৈমা সনা পীবুক ওং তোমথিন থোকপা থাজনি।
সনা লিফক মথক্তা মালেম খোঙদাজবনি,
সনা ফিগে ফিরোয়না পুন্সি খোঙফম্নবনি।
নিংথৌ লাইবক য়ুমদিল্লু নৌনা সনা পাম্বোম্নি,
শেলুংফমদা কাবনি লৈরোয়শঙস্থ পুবনি।
নোংদম্বগী থৌজান্না নোংদম্বিনা "ইচানি"
থুজেং পাল্লোয় তন্ন শম য়াইফ লম্বী চিংবনি।

শুক নুং মুক্না কাঙজে পৌ ঙম্বা চহি তরেৎনি,
লমজেলদম্থ 'তুমঙায়—পজেং অতুম থেৎপনি।
লাঙ্গোই য়াপল অঙৌবা তম্ফা পুবা লাইশানি
শক্লখিবা লৈবাক্তা অতুগুম্বা ইপোক্লি।
লাঙ্গোই শরুপ পুবনা লাঙ্গোইলক্তা ঙানবগুম
চাউদম ব্রাংদম চীংনা লেম উনিংথৌনা হেনবগুম।
কৌবলোক্তা উকোন্নুং পাথংলোন্দা কেগেগী
তম্ফা চেনবা ইপোক্লি পাথৌরক্তা মোইরাংগী।

অসি থিবিক অমমম লৈম্রোল কোঙ্গায় লোরুঙাই

থাখি পোম্বা স্নংশি কা থম্মোই মাগী লোক্লঙাই।
স্নংশি-পোম্বা খিবিম্বা থাজরুবা মঙুংলাং
লৎনখিদো থানা য়েং পীখি মীচৈ মায়থোং লাং।
চৈরে চৈরে হেন্নহুম থম্মোই মানা ওক্সিনখি,
মমখি জগৎ অপূম্বা স্নংশি মাদা ঙাহ্লৌখি।
পীগে লেপখি থম্মোইনা থৱায়-পোম্বা অরোইবা ;
নোংদম মাগী নোংদমখোল লাকখি তাঙ্গা অচাবা

সনা পূমহৈ তরেৎনিদো  নৈমা তালোয়.ঐগী,
লাইজ ওংবী থম্বাল ঙাক্লি  কোরৌ ওইবা ঐগী।
শাবী ওইবা ঐনা হেল্লে  লামজৈ মায়থোং মকা,
থংলেল ওইবা ঐনা শাম্লে  মকচৈ মায়থোং লকা
স্নংশি স্নংশি স্নংশিরুদে  কাউই থম্মোই পাজৈ,
রুজা ওইবী থম্মোইনুংদা  অৱা-স্নংঙাই পাজৈ।
থাদোই মাদা মখল্লুইদো  পুন্সি খোঙথাং খূদিং
হিংলুহুনা করি দৌনি — থাদোই য়াওদ উতিং।

স্নংশি ঐবু নৈমা তরেৎ  কপচৈ ঐগী দমক,
কল্পি ঐনা অহিং-স্নংখিল  থাদোই মাগীদমক।
থাদোই মানা থজৈ ৱানা  খম্বা মাগীদমক,
লোইদা.কূম্মি নাইশিং।চল্লি  অপাম-মাগী দমক।
পান্তা কূম্মি তাল্লি লেনৈ  পূজৈ নাইগী থোগাই,
চৌংদা কায়দো চল্লি শীংজা  পূজৈ ৱানা থৱায়।

সিরা সিনি, অঙকপনি মালং নংঙ্গী খোঙচং,
অমম্বনি অম্বমনি থম্মোই নঙ্গী লীচং !

লৈরাংনিদ মথনবিথি থম্বা মানা থাদোই
লাংথি ঙথো লৈহিদুদা লৈরাং মাগ্নী ভাঙোই ।
হেঙ্গরমই থাবুম অহুম স্নুংশি কাদা স্নুংশি,
থঙবিথিদ লৈশক মাগী থৈথি থাঙনা পুন্সি ।
ঐগীনিস্থ অদুমঙায় স্নুংশি মাগী কাদা,
কৈদা কাওদা চায়ন-পুংদা । থাথি থরায় পোন্থা ।
থঙবিথিদে 'ড়ুবু মানা স্নুংশি মাবু স্নুংশি,
কদৌজনি থঙবিথিদে স্নুংশি ঐদি স্নুংশি ।

৪

থোঙ্গে চায়ন-বুং থাথি থরায় তাজীন্দা পোঙ্
শিরে কদৌনি থয়ুম মাগী শীংথানি শাংল
লাকথি শাগী পাউ মৈহুম-মোরোক তাঙ্গাসিমজ্ঞা,
কুম্মে খোইরেম্বাক ভাঙোইলৈমা লোক্রুনি কৈদা ।
থনথি লাক্রবোই কুবিরগে নোংদমখোল অমা
কোম্মে হৌজিক্তি পাম্বা কৈদি মিচুনি অমা !
থম্বা মাদবু লুরুবনি ঐঙোন্দা খিজুং,
ভাঙোই লৈমা লোক পাম্বা কৈ চল পাল্লগে নীং তম ।

চঙলে কৈবল তারেল থুত্তা লীরে পাম্বা খোঙ্গুল,

লাইজ ঈরোঙ্মদা ফংলে     পাম্বা মাগী মখুল।
মীথেংনরে হোৌরে পাম্বা     চোংলে চেগপ হৌ হৌ,
সেম্মে ঐস্ন শাথেংনরে     ওক্লে চেগপ খৌ খৌ।
নোংদম মাগী নোংদমখোল     ফাখি তাজিল পাম্বা,
তামুন্নবঙে লোংনা তাখি     তাখি কৈখা থংবা।
নোংমা পোকপা মচা ঐনি     কন্নি নিনি শিবা,
কোনখি মখ্বাং পাম্বা মাগী     ঙম্বা য়েংগে থেকপা।

থম্লে তুংদা মখোঙ মরি     ঙাক্লে লুনা মখৌ,
ওন্নিন্নরে লৈমায়থক্তা     ওন্ন ওন্ন থক লৌ।
ওয়ওইনখি নোংদম্বনা     সাখি পল্লোল মোংশোং
থোকখি মতাং কৈখা থাবা     লোনখি থোদা য়াথোং
লাকখি থম্বা পাথৌ নোংশা     তাঙ্গাসিদা তালোং,
চোংখি পাম্বা থারম ঐবু     থোঁঙা লাক্লে মওং
কায়খি মঙলাল মঙফাওনখি     মমখি পূম্মম লোইনা,
কৈগী চৈনা পুঙমখিদে     নীংবা কায়বা চৈনা।

শাহু ফল্রে চাদে নোংশা     শোক্তে মতু শোনবা,
শাশি য়েংদে হন্না মাদি     লাম্লে লাম্না লেম্বা।
পাথৌ থম্বা খুমন চাগোক     নোংশা ঈশেং ঈনি,
পাম্বা তরেৎ মদোম পাবা     পুরেনবগী চারনি।
সতী লৈতেং ঙাংথলৈমই     খোয়জি-নাপ্ল-লৈনি,
থোদ থোবা থম্মোই পানবা     পাথৌ-নোংশা মানি।

কোমৈল্লে ঐবু পিদি চত্তুম মিৎস্না 'নীদা মাগী
মেল্লি তপ্পা পাম্বা য়াথুল চবৈ ফিনা ঐগী।

"চৎলি পাথৌ পন্থৌ তমদা কোন্নু থোংগে নমদা,"
থোংখি নমদা থৌজাল মানা শিন্নৈ পন্থৌ তমদা।
হৌখি লোইনা লৈবাক-নিংথৌ কল্লি ঐবু করম,
অমাইনিংথৌ শলাং মাইবা য়েংখি স্নুনা মরম।
শিদয়াইম্নু নাদয়াইম্নু চমখি পুমচম লোইনা,
লাক্লবদা মতম মানা। চম্মি হিদাক লোইনা।
পিনা পিদা নিরে বিদায় পন্থৌ সুংশিকাদা,
চুম্লে লাইবক পন্থৌ মানা পিনা তপ্ তপ্ মায়দা।

৫

ভুমখি ভুংশিৎ তেংথা তেংথা থোইরেম্বাকী লমদম,
পাম্মুই পাম্মুই পাথৌ নোংবাল চাখিদেদা মতম।
চায়রে মরায় কেগে লৈবাক তারে ময়েং মোইরাং,
তৎলে পাম্মুই সন্‌রিক পরেং তারে চোইনা লীক্লাং।
লাইবক থীদা অডোম নিংথৌ তৎলে সনা লীকথাং,
নোংদম থীদা খুরায় লৈমা মাঙলে ক্যাংগী লীকফাং।
করি ওইবা নোংদমথীবী তাথৈ পাম্নি মপাউ,
করি ওইনি লৈমা তরেৎ ফংথৈ থংলেন মপাউ!

তুম্মে হকচাং কৈগী হুনা তারে উৎপুং ওইনা
মুত্রি মৈদি ওমচাক্লম্নি থম্মোই থোন্না থোন্না।

তামশিল্লক্কে তাইবং অস্নম
ছইথরক্নে তেংথা নাউ-ওই
মণ্ডফাওনতৈ তাম্না তাম্না
পলেম পল্বো লৈমা তরেৎ
ভুমদ্রিমাল্লে থম্মোই মাদি
নিরি বিদায় মথং মথং

তাম্না মণ্ড-ওই হা-ওই,
তাম্না বাঁশী খোল্লোই।
উথি চেংলো কয়া—
চান্ন' মরূপ কয়া।
ঈহৌরিয়ে পিরাং,
খোন্নাইদবা পিরাং।

হন্দোরকথি তাঙ্গাসিদা
শামথি লোইনা চেংলো শিথিক
"চৎপা তারে হুংশি ঐদি
লৈহৌরেদো পাম্মু নংদি
নোকফেৎনখি রাকচ্চৈ
ভমজখিদে রারৌজবা
নাইনি নাইনি হুংশি-নাইনি
খিদে করি খুল্লং লম্মল

থাজ ওইবী থাদোই,
থরাল থাজ খোঙলোয়
লোইরে ঙসিসিনা
রায়দো থরায়সিনা।"
কল্লক পেন্দুম পেন্না,
'ফুরু থরায়সিনা।
মী ওইবগী থম্মোই,
হুংশি কাদা থম্মোই।

লোরে উংপুং লোরে পূম্নো
পাইবা তারে পোম্বি থরায়
থঙ্গে হুংদা থরায় মানা
লৈহৌরেদো হুংশি মাদি
কচ্চরক্কে পুন্সি চুপ্পা
কৎলুরগে লাংডোল খুদিং

মুৎলে কায়দোং লোইনা
লৈরে মতম য়েংনা।
চৎপা তারে ঐদি,
করি ওইবা ঐদি!
হুংশি মাগী পূজা,
পাম্মু মাগী পূজা।

নিখরগে নোংয়াই কাদা  খাদোই মাগী কোলোয়,
সোল্লুরগে চেক্লা চাদা  স্নংশি মাগী কোজ্লোয়।

৬

চচশিল্লকউ পাথৌ নাক্তা  তারো চীঙ্গোয় ইপাউ,
লোইয়ে ঐদি ঙসিসিনা  পীনৌ চানবি নপাউ।
অপাম মৈনা চাকশিল্লকখি  লঙ্খরেদো কয়া,
স্নংশি মৈনা কাশিল্লকখি  লানখরেদো কয়া
কোরৌ মৈশা লাংলে শাদে  ঈরেনবুংনি নংদি
নোংলৈ স্নংশিং লাক্লে লেঙদে  লোইবি চীংনি নংদি।
য়েংথিখিদে কবিক্লংদা  ঐবু নংনা পাথৌ,
চানবিখিদো খোঙফম খুদিং  অরান্ ঐবু পাথৌ।

খায়দো পাথৌ নঙবু ঐনা  থাংজীং চীঙ্গী নম্লোল,
পাম্বা কৈথা থারসঙ্গ  পাম্বা কৈগী মকোল।
লমজেল চেনবৈ খুরৌ চল্লি  পাথৌ নঙবু ঐনা
ফুদেক্লবা নখোঙ নথুং  তরেৎ শেঙ্গা তিংনা।
ঈকোপ-পুংদা থায়দো কাওদা  শিরসঙ্গ চীদা
তারসঙ্গ ফদি ফরা  কাওরেল মাগী খোঙদা।
চল্লি নংবু লাঙ্গোই খোঙদা  লোগে নঙ্গী থরায়,
খাদোই কাদা খুরৌ ওৎবা  পেন্নরগে থরায়।

থারল্লবা পাম্বা কৈথা  নঙনা ঐগুম ঙসি
তাঙ্কোক্লঙ্খোই কবিক্লংদা  পেন্নগনি ঐসি।

খুল্লম্মোইদো চরৈ ফিমল
থঙজিন-উশিল্লদ লৈনি
অপাম্বনা মিকাবুবা
মিহৌবনা লায়চুববা
অচুম চৎপা অপঙবনি
মাঙজরগে শীঞ্জবনি

নঙ্গুম ঐদি পাথৌ
লৈরমগনি পাথৌ।
থঙদে অচুম-অরাল,
থায়দে অমম-অঙাল।
লৌনৈ পাপকী কোন্দা,
তাইবং মালং কোন্দা।

তমথৈ থাদা লাইজ ঈচেল
তমজৈ থক্তা থাম্বী মৈরি
অমম্ববু অমম্বনি
অঙানববু অঙানবনি
চৎলুরেদো পাথৌ ঐদি
থোঙফম্লরু পাপকী লম্বী
ঙাকউ পাথৌ লোইরে ঐদি
পাম্বা হুদই হেন্না চাক্লে

ঋাংলে হেন্না ফুধে,
নেম্লে অচুম কাজৈ।
উইদো ধর্ম 'নঙদি,
থঁডি পুণ্য নঙদি।
তাঙজ লিলগী শাজৎ,
অপাম ঐগী লিচৎ।
লোইরে ঙসিসিনা,
লঞ্ছিবগী মৈনা।

ঙাইথো পাথৌ লঁঙমখিগে
য়ারোইদৌরে লঁঙমদবা
থাদোই মহাকথংগীনিদো
ঙাঙোই মঙ্গংলাংগীনিদো
ধর্মই পোলোই জয়নি পাথৌ
পাপকী পোলোই তুম্বা শোইদে

ঙসি অমত্তংগা
অমুক অসিদংগা।
লঞ্ছি পূম্বা ঐনা
লম্ফেখিবা ঐনা।
ওইরে জয়না নঙ্গী,
তুম্মে লোইনা ঐগী।

ওইহোরনি মায়োক লৈরাং    পাথৌ নগ্গী থাদোই,
কাররনি লৈহি অথেল    লৈরাং ওইবী ভাডোই

পাইসি কদায় পাইওমদরে    লৈহোরেদো থাদোই,
থাওসি কদায় থাঁওমদরে    লৈহোরেদো ভাডোই।
ব্বারে পাথৌ পোম্বি থব্বায়    নিরি ইকোক নোম্না
শোঞ্জরুগে কোলোয়দদি    থাদোই ইনীং তম্না।
তমগে ইপোক চেক্লা চাদা    শক্কে হুংশি কোলোয়,
থোল্লৈ শাংনা থোম্বাং ব্বাংনা    সোনগে পেম্না থাদোই।
পীনৌগবা পাথৌ নওবো    নিরি মিৎকী পিনা,
অরোইবনি পিসে পাথৌ    অরোইবনি সিনা।

থম্মোই পানবা পাথৌ মানি    ঈহৌরিয়ে পিরাং,
পীথি য়াথং তময়ো ননীং    লোম্নাইদবা পিরাং।
শংলে ক্লাং তারে য়োম্লিং    কোম্লে পূমকোম থব্বায়.
বিদায় পিরম মিৎকী পিনা    পাইরে তম্না নোংমায়।
তম্লে ইপোক চেক্লা চাদা    শক্কে হুংশি-কোলোয়,
থোল্লৈ শাংনা থোম্বাং ব্বাংনা    কৌরে পেম্না থাদোই।
হেঞ্জবিডৈ থাদোই মানা    কেগে মোইরাং লৈকোয়
নোংয়াই কাদা থাবূম অহুম    কোইজৈ ঐসু লৈকোয়।

কোরৌ হুমিৎ হুমিৎ খুদিং    তমজৈ খূমল মরাল,
লেজৈ অহুম মুভ্রিফাওবা    কোরৌ মাগী মঙাল।

ৱাংদ বাংবা তলা তোন্দা
মূনা মূনা নাথুপ্পনা
কচ্চে মুংশি মাগী পূজা
পেন্না পেন্না খোম্থাং ৱাংনা
লেনথি মতম ঈংনা থম্মোই
অৱা-মুঙাই তুফাংনবা

সেমজৈ কায়দোং ঐগী
য়েংজৈ চেংলৌ মাগী।
শকচৈ মাগী কোলোয়
খোটৈল্লে শাংনা থাদোই।
খল্লুই ঈংজরনি,
কাউরুই মালংপান্নি

৭

লৈপাল ফরি কেল্লোই থাদে
লৈখোক লোয়রে কেনগে ঙমদে
ঈহন্নবা থাবা কোগোল
থানি খঙদে কয়া কুইনা
সনা ফম্বাল লাংবা ঐনি
শাদা লান্দা থোবা ঐনি
লাক্লবদি হনবা তারে
পথাপ্পিদো মালংপানগী

কেঞ্জৈ অতুম ফনা,
শাচৈ অতুম লোয়না।
তাকই ঈথিন্নবা,
ঙমদে হায়বা কনা।
ঙমদে কনা চীংবা,
ঙমদে কনা শীংবা।
থীন্না খঙদে ঙন্না,
তম্বা মতম মানা।

তল্লি নৈশাৎ তদেক তনৌ
মদোম শাৎপী লৈৱাং মানি
থংলেল কনাই নাল্ল লৈনি
থম্মোই কনাই মায়োক লৈনি
তাঙজ মাগী তমথি হুনা
কল্লে লৈদা মিকুপ 'মদা

উদে মতম মাদি,
খন্দে মতম মাদি।
য়েংদে মতম মাদি,
চত্তে মতম মাদি।
কম্লে থাদোই লৈৱাং
মম্লে কেগে মোইৱাং।

হেক্লে কোরৌ কোরৌ 'তিয়া
মম্মি ঙান্দে অতুম,
হেক্লে থাজ কোরৌ 'তিয়া
শুকই ঙান্দে অতুম।

কপ্পা হৌবা কপ্পা লোইবা
খোঙফম্নিদো পুন্সি,
অরা-হুংঙাই ইরৈনরা
ঈচেন্নিদো পুন্সি।
মালংপান্দা লাকপা কনা
হনখি নোক্লা নোক্লা,
কপ্পা মপুং নোকপা মচিৎ
চৎপা ঙাক্নি লোইনা।
কপ্লি ঙসি কেগে মোইরাং
কপ্লি "থাদোই থাদোই",
ছল্লি থংগোল লৈকোয় থুংনা
তেংথা।তেংথা "থাদোই"।
ঈগুল্লিয়ে ঈশা মাপল
হাইথ হাইথ "থাদোই",
চৌংনা লেম্না থাংজিং চৌংশাং
সোম্লি শোক্লা "থাদোই"।

থম্মোই মানা মকাররা
হৌদে ঈচৌ পিগী
মৈশা পোকপা লৈকংলানি
থকই ঈচেল খোনগী।
কপ্লে, কপকে কৌবা ঙমদে
য়েংজবদ থংই,
খোক্কে রাগী মচেৎ 'মত্ত
চাকচবদ থংই।
ফিকখি থম্মোই তেংথা-খোনম্নাম
থুকখি পুক্লিং অসি,
লোইবা তাররবা ঙসি
চেক্লা ঐগী পুন্সি।
লোৎখ্রে মতম নুজা-মায়োক
কায়রে হুংশি-পুজা,
খনখি থম্মোই কচ্চরকপা
পুন্সি ঐগী চুপ্পা।

পাল্লম্নবোই হুংশি-পুজা
লাক্লে মঙাল পরেং,
পরেং পরেং মচু মচু
মচু-পরেং পরেং।

ঙাল্লি ফুংফুং মশেক অমা
ঙমজৈ ইন্নুং শজিক,
সুমখি থম্মোই মমখি তাইবং
মালং হুনখি ইচিক।
চেল্লি ঐবু মঙ্গী লমদা
তাকুই লৈগী কোন্দা,
তন্নি লৈশাৎ কুন্দো লৈরাং
পরেং পরেং থেন্দা।
হেক্লি লৈরাং লেংলি পরেং
সুজা লৈরাং অমা,
খঙদে লৈশক কৈদা শাৎপা
মাঙৈ ঙাঙোই লৈমা।

লাক্লে মাঙদা সুজা লৈরাং
খুত্তা লৈগী পরেং
ঈংজৈ হেক্লে মায়থোং থাজ
মঙাল তগুপ তরেং।
হায়গুম তৌখি "পেল্লে ইমা"
নঙ্গী সুংশি-পূজা,
পুল্লবনি থাদোই নঙ্গা
উনি থাইউ লৈচা।
উরে পূন্না কিশিনবা
কুন্দো পরেং অনী,
উখি থাদোই থোঙদা ঐগী
কোনখি ইথোঙ অনী।
তমখি লৈশাৎ থাদোই লৈরাং
তঙাং লৈগী কোন্দা,
মঙফাওজখি তন্না মঙলাল
ফাওখি তাইবং-কোন্দা।

থারগে কেগে সুংশি-লমদম
থিকুরগে লৈফম,
কৈদা হেল্লি থাদোই লৈরাং
খঙজদেদো মফম।
শাগন তুফাং থপ্লা থপ্লা
থঙ্গে কৈদা পাইবা,
কেগে থংগোল লাংনা লাংনা
থঙ্গে কদোম পাংবা।
ইমা খুরম মায়গৈ য়েংদ
পাইরে মায়ওন "জৈমা",
নোংদমথীবা নচা ঐনি
খুবিয়ুকো ইমা।

কিজরুদে লম্মুকনি ইমা লৈরি ঐগী,
চোক্তি মথে পাইজৈ অসুম শাগন 'নীনা ঐগী।

লোইবী চীঙ্গোল কয়া কয়া লাঞ্জে তলা উকোল,
লাইজ ঈকোল কয়া কয়া লাঞ্জে শীঙ্গোল হাকোল।
লোইবি চীংমায় খোল্লা চাকপা থেংনৈ কয়া লম্মৈ,
নোংথক-নোংখা তুনা হুম্বা পাজৈ কয়া নোংলৈ।
চোকথরকচৈ শাগন তুফাং য়েক্লৈ অরাম-খোরাং,
নীংবকায়বা সোর মপী থৎলি মতাং মতাং।
নোহোনজৈ "ইমা লৈনা" "চম্মু ইমা মৈরা"
"তাকউ কৈদা লম্বী কদোম" "থাল্লু থাম্বি মৈরা"।

উরে তাম্না হুংশিরবা লমদম্মিদ অমা,
চোকথরবা লংফৈ কাদা ঈংনরম্নি অমা।
ঙাল্লি চিপক চীঙ্গী কোন্দা ফিরোয়নরি শংলোল,
চেল্লি তুরেল লীক্লাং পরেং হেল্লি থাদা লীক্লোল।
ঈকোল কয়া ঈপোম্নরি থাম্বি লীক্তা নুংয়াই,
ঈফুথরি ঈরোক কয়া লীকখোম্নরি লিক্লাই।
লাক্কি তাম্না হৈনম লৈনম পুরি হরাউ মালং,
তারি তাম্না চেক্লাখোন্দ্ ঙংলি ইশৈ মালং।

লৈগী কোন্নি লৈগী কোন নীংথীজবা লৈগী কোন,
মঙ্গী কোন্নি মঙ্গী কোন মঙলান মাগী মঙ্গী কোন।

এহেলৌ লৈরাং শাংখিভম লৈফমতুনি লৈফমদো,
লৈরম স্থনা পোকখিভম লৈকোন্দুনি লৈকোন্দো।
হোৌদে তলা অমত্ত শীঁঙেল লৈশাৎ তমদবা।
লৈতে লৈপাল অমত্ত লৈরাং লৈশাৎ তমদবা,
উদে উরী অমত্ত লৈরাং চরোং পোদবা
[illegible] উকা অমত্ত উরৈ চরোং কোন্দবা।
“চৈংমায় য়েংই লৈগী লৈ লোম্বায় য়েংউই লৈগী লৈ
ঈমায় য়েংই লৈগী লৈ লৈমায় য়েংউই লৈগী লৈ।
লৈগী থেম্বি লৈগী থেল নীংথিরবা লৈগী থেল
লৈশাবিনা শাবা থেল লাইরৈমনা কোইবা থেল।”

শাচ্চহৌরো লৈরাং খিবিক তঙাং তনৌ লৈশাৎ তম,
খোঙদারিঙৈ ঋতুনিংথৌ হেঙ্গহৌরো ননীং তম,
চেল্লি তোয়না চেক্লা কোকিল বসন্তগী থৌগনপাউ
শীঁঙেল লৈরাং লৈথোং য়েনা হেদোনবা হেদোং পাউ।
হেঙ্গরিয়ে শীঁঙেল লৈরাং মদোম শক্তা মদোম মুন্,
লৈহি চুম্বা চেক্লা শাগে য়েংলি মতৌ মুন্ন মুন্।
হুল্লি খোঙদোই লিরি লিরি ঋতুথৌগন মলয়া,
কাইহৌবিরি লৈরাং কাদা লোম্বা নাথুপ্লনা য়া।
নোকচরিয়ে হাইনোক মিৎনা লৈরাং তনিক মহকচাং,
হেম্মোইজরি হাইনা হুয়া হরাউ তুজুং হেদৌ লাং।

পাইরি খোইমু কোয়না লৈরাং
"ঙকইদকো পাম্মু নংসে"
লৈনা লৈনা তোংফম য়েং,
নোক্কি লৈরাং হাইনা য়েং।

স্থুংশি কোম্নি স্থুংশি কোন
হেদোকোন্নি হেদোকোন
খোংলি চেক্লা উকা লাং
নিরি লৈহি ইথৌ লাং
ঙংলি খোইমু লৈকা লাং
ঙংজরিয়ে ঈথৌ-লাং
হেদোজরি শীঁ ডেন্না
হেম্মোইজরি লৈরাংনা
লাংই লৈহি লৈকা চোল
তম্মি লৈহি থম্মোই খোন
কুম্মৈনিদো কুম্মৈনি
ঈরাংনিদো ঈরাংনি

স্থুংশি মাগী মশাইগোন,
স্থুংশি মাগী হেম্মোইকোন।
শীঁ ডেল কাদা মায়োক লাং
স্থুংশি-শৈরোল নোয়না লাং।
লৈরাং কাদা মায়োক লাং
"তম্মু লৈহি ঈঙুংলাং"।
চেক্লা খোল্লোয় নোয়ঁনা নোং,
খোইমু শৈরোয় থেরা খোয়।
খোইম্মু কাদা লৈরাংনা
চেক্লা কাদা শীঁ ডেন্না।
স্থুংশি-স্থুংডোল কুম্মৈনি।
স্থুংশি-স্থুংডোল ঈরাংনি।

ফজনাইনি থম্মোই মাদি
ইশৈনাইনি থম্মোই মাদি
মুল্লুং থম্মোই ঙহাক পুঙ্গোয়
লুম্নুই থম্মোই ঙহাক পুঙ্গোয়
থৱায় মাদি ফজ-লাইনি
ইশৈ মাগী মশক্তম্নি
তাউরুং থৱায় ঙহাক পুঙ্গোয়

মুক্কৈ ফজ উবদা,
লুপচৈ হেক্কু ইশৈদা।
শীঁ ডেল লৈরাং জংগেইদা,
চেক্লা স্থুংশি খোল্লেদা।
লাংনৈ 'তুনা হৈ-লৈনা,
ফংনৈ 'ঞনা ইশৈনা।
চেক্লা-স্থুংশি খোল্লেদা,

লুপ্পুই থৱায় ভহাক পুঙ্গোয়                শীঁভেল-লৈরাং-ঈরোম্দা।
মঙফাওনডৈ সোনখি ঐস্ম                 থাদোই স্নংশি মকোলোয়,
কৌখি শোক্লা থৱায়নিস্ম                  থাদোই থাদোই পিথাদোই।
মখ্রি তম্র স্নংশি-মঙলান                  মঙলোম্রিস্ম মঙনা মঙ,
লৈরাংজখি লৈরাং লৈপাল                লৈখোং খুদিং চঙনা চঙ।

শীঁভেল লৈরাং খিবিক্মক                    তঙাং লৈশাৎ তমজবী
লৌখি থাদোই শক্তম্মক                     স্নংশি চেংলো নীংখিবী।
লৈমায় য়েংই থাদোই-ডাক                ঈমায় য়েংই থাদোই-ডাক
চৌংমায় য়েংউই থাদোই-ডাক            লোক্মায় য়েংউই থাদোই-ডাক
থাদোই চাম্মা চাম্মনি                       থাদোই লিশিং লিশিংনি,
থাদোই লখা লখানি                        থাদোই কোটী কোটীনি।
হেদোইজরি হাইনা নৌ                     হেম্মোইজরি নৌনা নৌ,
জগোইজরি থেক্না নৌ                     থেকোইজরি কেনা নৌ।
থকচৈ ইমিৎ অনীনা                        স্নংশি চংলো অপূম্বা,
চুপচৈ পেম্না থম্মোইনা                     নীংখিজবা লোইনবা।
শকচৈ স্নংশি মকোলোয়                  পেঞ্জরবা ইথম্মোই
থাদোই থাদোই পিথাদোই                পিয়ে থাদোই পিথাদোই

# অশৈবগী নিতাইপোদ

## নুংশি রাখৈবা

**শৈফম**

লৈরাং অমা—তাইবং খরায় ওংবা লৈ
কোলোয়না মাগী নুংশি ইতিবেন—
কেনথি তদেক—শাঁডেল মতম শিংগাবৈ
লৈরাং মতম ইডেবৈ ।—
কপচৈ থম্মোই—পেঙ্গকুদে লৈরাং মাগী লৈকেল ।

"নোংদম থীনা পোকচরু কেঙ্গবনি লৈরাং"
শক্লৈ কনা 'মনা,
"মালংবনা ছম্বিরু কেনবনিদো লৈরাং"
সোনৈ কোঙ্গায় 'মনা,

"লাক্লবদি হনবা তাই,
শাৎলবদি কেনবা তাই—
মালংকোন্দা শুংজরবা হন্দে কনা লৈরাং !
লৈশাৎ তমডৈ তাকচৈ লৈরোই লোইজৈ লোইনা লৈরাং"
চীংনা লেম্মা মালং থঙনা চীঙ্গোয় অমাইশিংনা,
থঙনৈ লোইনা থাবি পুম্বা মখোই মপাউথোন্না ।
তাদে 'তুবু থম্মোই মানা রাফম্নিদ 'মত্র,

"পেন্দে লৈরাং মাগী লৈকেল" থংজে কপচবদ।
লমজাউ খোল্লা চীংজাউ তুনা কুমগী লম্মে থারক,
উরু পাইবা শাম্পি মৈখু নোংদোন খেংনা কারক,
নীংসংজেদো ইতিবেনবু হুজা ওইবী লৈরাং
উগুম তৌজে মৈখু লক্তা ঙহৌজেদো পিরাং।

থাইরে থাইরে য়াংজে কোকথোং থর থর অস্থম,
থাইরে থাইরে তাজে নঙো থর থর অস্থম।
অরা পোৎলুম য়াংজে হুংগী লীরে তম্নে অতুম,
লম্বী অনী পীনৈ পোথা অতম থুদিং অতুম।
কায়ন-মৈশা লাংবা থম্মোই ঙংজে তমঙৈ মশা,
উজে মিক্তা কায়নখিবা হুংশি চেংলৌ মশা।
শকচৈ 'তুনা রাক্স-থম্মোই তাঙ্গা খিক্তং ফংঙৈ
হুজা মাগী হুংশি-খোঙকম শক্করকপা আদৈ।

পুন্সি-কোরৌ তম্নে য়াচং হল্লে চীঙ্গী নম্নোল,
পোম্বি থরায় য়েংলে হঙ্গং তাম্মোরবা মকোল।
তন্নম্নগে তাহৌররোই হুজা হুংশি মপাউ,
কপচগনি থম্মোই থুদিং তারে তারে মপাউ।

---

# শৈলি

নীংশিংলিবরা পলেম নঙবু নমোম ইতিবেন,
শান্নবিথিবা নমোম কাদা হুংশি-খোঙফম ;
এহেন্নৌ ইমুংদা কংলৈ সনা পুঁঙয়োন্নিদা,
ৱাখৈৱিখিবা চলাম্নগা থাম্বি মৈথ্দা !
শকপিসি ইমা হুংশি-ৱারী অদো অশৈবি,
শৈরোম্বা নচা শৈহুক্কগে ইমা শৈদম্বি !

"শাদানবা নংসে ফংলক্লকো য়াইফ কদৌঙৈ
হাক্তোকপিরুবা খঙ্গোং নামা চীল্লোক্লজঙৈ"
শৈদম্বিখিদো ইমা নংনা কবি গুরুদা
শকচখিবনি মহাকাব্য তুংইন বীণাদা !
লৈজদে গুণদো নচাগীদি ইমা শৈদম্বি,
শকপিসি লোইনা শকপিসিকো ইমা অশৈবি,
শান্নবিথিবা প্রেমলীলা নমোম 'তিবেন্দা,
তাজগে লাদা শকহোনবা তুংগী চারোন্দা,
খঙজহোনবা লূজৱবা প্রেমগী মশক্তম,
নঙ্গীনা ইমা জগৎ পোকপি লেঙদ নশক্তম !

শকপিসি ইমা মতাং থুদিং তেল্লপ লোইনবা,
ঙমজরোই ইনবা নচা ঐদি শৈশক অশাংবা ।
খুৎলোয়দে পেনা খঙদে মুনা খোলৈ খোম্বাংস্থ,

| | | |
|---|---|---|
| থোকচন্দ্রি 'মুক্ত | চৈজিং থুক্তা | লৈবাক থোক্কনু |
| পামজরু ইশৈ | মতেক মতেক | অতুক মঙংল্লুই |
| লৈবাক্কা খঙবি | পামজৈ ইশৈ | অতুক মতিল্লুই |
| ঙমজদে ইমা | কদোম্নুংদা | শৈফম পুজবা |
| হোৌনবী কায়দ্ব | মরোল স্তনা | লৈবাক থোৌগনবা |
| শলোক্না পূমশিল | মতাং মতাং | ইমা লোইনবা |
| থোনবিসি লোৌথৎ | মতেক মতেক | লোইনা মুংশিবা |
| কানজৈ ইমা | নথোঙ থাদা | তাইবংনা হৈ-লৈ, |
| পেনবিদো নংনা | থৌজাল হৈবি | কচ্ছরি হৈ-লৈ ! |
| পোৎলম্মি লোইনা | পীনহৈবি | তম্নিবা নংনা. |
| কৎপগী থৌরম | থৌরাংদনি | তৌজবা মীনা : |
| কুবিয় ইমা | নচাই কাদা | নিংথিজরবা 'শৈ. |
| ওকচগে থৌঙা | থুয়াথাদা | কুবিবা ইশৈ |

---

## লীকথক

শেলোই লংমাই চীংনা কোনবা লম,
গুরু-পাৎনা লৈখোঙ শেংবা লম,
লিল্‌রাই ঈরম থেক্কোইবা
মাঁঙোয়নডৈ চিংনা য়েং

ওয়ওইনরক লৈনা য়েং
তুংওইনহৌ হন্ন য়েং

খুংশি খুংশি ৱানা থাবা লম
কোলোয় মাগী খুংশি-ৱাথলম
চেংলৈ পোঞ্জেল ঈনা কোইবা লম—
লম্লেন মাবু পুজবা
পোঞ্জেন-নিংথৌ মুংয়াঙ্গা—পন্থৌ মাগী থরায় লাং
শাচ্চখিদো শাচ্চখি খুজা লৈরাং ইতিবেন।

| | |
|---|---|
| শাসিগবা করম | লৈরাং মাগী শক্তম— |
| য়েকচনীঁডি শক্তম | তুরি মাগী মতম, |
| পাঞ্জনীঁডি শক্তম | স্থর মাগী মতম ; |
| থাজনীংদে শক্তম | মণ্ডলাল মাগী মতম ! |
| য়েকচনীঁডি যুঁতি | যুঁতি ওইনা অতুম |
| পাঞ্জনীঁদে শক্তম | যাঁতি ওইনা হেক-তুম। |
| হেক্টে লৈম্না লৈচু | শগুজনীংদে মচু |
| থম্বাল লৈরাং কাদা | কারসন্থ লৈচু। |

মালংকোন্দা লৈগী কোল শংজৈ লৈরাং—কয়ানি,
শংজৈ শীঁঙেল—কয়ানি,
লৈশক ফজৈ অমনা,
লৈচু পাঞ্জৈ অমনা,

লৈনম চেঙৈঙ্গ অমনা,
লৈতৌ সুংশি অমনা
লৈওং তাজৈ অমনা
লৈতা লূজৈ অমনা—

হেঙৈঙ্গ লৈরাং অয়াম্বা মাগী মাগী থোকপা ’ড়ম,
হুজৈ থম্মোই খিবিম্মা মুজৈ তম্ম হেক্কড়ম।

লাইজ ওংবী লৈরাং কা — থম্বান মানা হেঙৈঙ্গদো,
থরো মানা তাজৈদো
শক্কগবা করম্না!
চৌংদা ওংবী শীঁঙেল কা — থম্বাল মানা ফজৈদো,
মেতৈ মানা নৌজৈদো
সোল্লুগবা করম্না!
কংফাল ওংবী লৈগী কা — যুঁতি মানা থোইজৈদো,
যাঁতি মানা নোপচৈদো
থারুগবা করম্না!
ঙম্নি কনা লেপচবা — সিনা সিদৈ হেল্লিদো!

অসিনমু মদোমদেদো
থঙফম থোকপা কয়া কয়া
থেংনা শাংপী লৈরাং কয়া
চৌক্লা হেনবী কয়ানিমু
লৈনি ৱাফম কয়া,
উফম থোকপা কয়।
ওংলি মালং লৈফম,
ওংলি অড়ম লৈফম।

শীঁঙেল লৈরাং ফুমিৎলৈনা  শুইজৈ মিৎকী কূপ্পৈ,
কাজৈ হেদৌ পুক্কীং ঙহাক  শীঁঙেল মাবু উটৈঙ।
উজকুটৈঙ লৈরাং থম্বাল  ঈংজৈ থম্মোই ঈংজৈ,
পুপচৈ থরায় উক লৈরাং  মঙজৈ মঙালাল মঙজৈ।
লাংই যুথোম পুক্কীং কাদা  থেংনা শাৎপী লৈরাং
মালংনৈদো হেন্না হেন্না  পুক্কীং থোইনা হে লাং।
লাংজৈ স্মৃত থম্মোই কাদ  চৌক্কা হেনবী লৈরাং
অরা-ফুংঙাই ঈথক-ঈপোম  নেমজৈ মদোম ঈরাং।

থেংনা শাৎপী লৈনি সিদি  হন্থকনি করম,
চৌক্কা শাৎপী লৈনি সিনা  খাংগৎলুনি করম!
পামজৈ 'মনা ইঙেল্লৈ  পামজৈ 'মনা তথেল্লৈ,
পামজৈ 'মনা উরীপ্‌  পামজৈ 'মনা শীঁঙেল্লৈ।
পামজৈ 'মনা চিগোংলৈ  পামজৈ 'মনা শিংগারৈ,
পামজৈ 'মনা কবোক্লৈ  পামজৈ 'মনা সনটৈরে।
পামজৈ 'মনা থরাক্লৈ  পামজৈ 'মনা কোঙয়াংলৈ,
পামজৈ 'মনা মোইবুংলৈ  পামজৈ 'মনা মোদোল্লৈ।
পামজৈ 'মনা পেক্রক্লৈ  পামজৈ 'মনা কুস্নৈলৈ,
পামজৈ 'মনা কোম্বীরৈ  পামজৈ 'মনা থাবল্লৈ।
পামজৈ 'মনা য়েরুম্লৈ  পামজৈ 'মনা শমজিরৈ,
পামজৈ 'মনা পেরুক্লৈ  পামজৈ 'মনা তিংথোরৈ।
পামজৈ 'মনা উতোংলৈ  পামজৈ 'মনা কবিরৈ,

পামজৈ 'মনা পামশরৈ
লেম্প্লি লৈশক অপাম্বনা
ওইনজৈদো মায়োক লৈয়াং

কজৈ লৈদা কমকম য়াংলা
শামান্নবী মাবু তৌজৈ
লৈতেংনজৈ ফুজা শমজি
লোকচৈ লৈনম চরৈ ফিদা
ফুজা ওইবী শউম পুজৈ
হাহানজৈ হকথেং খুদিং
সেম্নজৈদো মকে নিপা
তম্নজৈদো অপাম-ফুংশি
নিনজৈদো মুম্বানবনা
কানজৈদো লান্নাংবনা
ধর্ম কর্ম মীওংবগী
কজৈ তাইবংকোন্দা কস্কম

পামজৈ 'মনা ফুমিংলৈ।
লেম্প্তে লৈনা লৈশক—
অপাম অপাম লৈশক।

লৈনম চেনবী লৈয়াং—
লুনা ফুজা লৈয়াং।
লৈতেংনজৈ নাপ্ লাং,
ফিথুপ খুদিং তন্ লাং।
লৈনম মালং মতম,
শীঁডেল লৈয়াং মতম।
লৈতেংনজৈ কোকথোন,
ফুংশি কাদা খুদোল।
মপ্ মাগী থৌজাল,
মডলাল মাগী মডলাল।
পুজৈ লোইনা পুজৈ.
কজৈ চাউনা কজৈ।

লাকে মতাং—থাবা য়াবা মতম
ফুজা লৈয়াং ইতিবেনগী শকম।
পোঙ্কেন নিংথৌ থরায় লাং
শাৎচবগুম ফুজা লৈয়াং মহাক'ম,
পঙ্খৌ কয়াই থোঙজিল লাং

শাচ্চরিদো মুজা লৈরাং কয়া'ম।

লৈগী কোন্দা ওংজবী

লৈরাং লৈশীং চঞ্জবী

শাঁঙেল লৈরাং থিবিক্লা

হেক্কবগুম মাগী মাগী থোকপা 'তুম

পোজেনকোন্দা ওংজবী

শাঁঙেল লৈশাং তম্লিবী

মুজা লৈরাং থিবিক্লু

হেক্করিদো মাগী মাগী থোকপা 'তুম।

মচু'মনা তরেং তা　　　　　　　　তরেক্তুনা চাম্ম তা

চাম্মতুনা লীশিং তা　　　　　　　　লীশিংতুনা লখা তা

ঈপোম্নরি মালংকোল　　　　　　　হেক্করিদো লৈগী কোল

পরেং পরেং হেক্করিদো চুথাং পরেং,

শুম্মি থম্মোই—মুক্তরিদো ভাবুক পরেং।

পরেং 'মনা হকচৈদো　　　　　　　পরেং 'মনা পাথৈদো,

পরেং পরেং মান্নজৈ　　　　　　　মরোল মরোল থেন্নজৈ

মান্নবগী ফজবা　　　　　　　　থেন্নবগী নীংথিবা

ফজ নীংথি ঈপোম্নরি পরেং পরেং—

হেল্লি ঈপূং মচু মপূং তগুপ তরেং।

মচু মপূং তরেৎনি　　　　　　　তোমথিল তোমথিল ডাক্কনি

নীংথিজবা ডাক্কনি　　　　　　　হেক্কজবা থিবিক্লি।

সিনা হেল্লি সিনা তাই খায়রুগনি করি হায় !
লেপচৈ অপাম মহাক্তনা তাহেন করি—
ঙমজদেদো ভাবুক থম্মোইনদি করি।

লাইজ ঈকোল ঈপাল লাং
শাৎনজৈদো লৈরাং পম্বাল—পরেং পরেং—
অঙৌবনা কয়া'ম অশংবনা কয়া'ম,
অঙাংবনা কয়ানি অরাংবনা কয়ানি—
ফজৈ লোইনা ফজবৈ হেঞ্জৈ লোইনা হেঞ্জবৈ
হুবৈ পুক্লৌং—মুঞ্জৈ লোইনা ভাবুক পরেং
লুপচৈ থরায়—থোইঞ্জৈ ঙক্কা থম্বাল পরেং।
থম্বাল লক্কা চাম্নীপাল
লৈতৌ য়েংই হুংশিদো লৈনম য়েংই হুংশিদো
লৈশাৎ য়েংই ফজৈদো লৈচু য়েংই ঈঁ ঙিদো
লৈশক হায়রে নীংথিদো গুনদা করি রাত্তেদো
'ছুবু মপা মরৈদো অঙাং অঙৌ মথায়দো
মদোম মদোম শাত্তেদো লীশিং লীশিং শাৎনৈদো
মালংকোন্দা লৈবা কনা লৈতে মপা !
ফজ মাদনিদো তোমথিল হেঞ্জরিবা।

পোক্সেনকোনগী থরায় লাং
শাঙ্করিবী লৈরাং লক হেঞ্জরিবী শীঁঙেল লক

মুজা লৈরাং ইতিবেন

লৈশক য়েংই নীংথিবী লৈচু য়েংই পাঙবী
লৈশাং য়েংলে ফজবী লৈওং য়েংলে হেঙবী
লৈতৌ য়েংলে ফুংশিবী লৈনম তারে ঈংজবী
লৈরোল লৈকোক চঙবী নীংথিজৈদো থানবী
অনী ফম্মে শীংনবী ময়াম তিল্লে তাদবী
ফজজবী লৈরাংনি নীংথিজবী শাঁডেম্নি।

লৈরাং মাগী লৈনম্মা
হাহানরি ব্রাহ্ম-থম্মোই
হাহাজনি ভাবুক থম্মোই।
তুংদা লাকপা চারোল থিবিক শৃরোল থম্মোই।

( ইতিবেনগী চেৎলো শক্তাক—লোইরে সিদা লীকথক।

---

# লীকথা

খঙজৈ হেক্ত পোকপদগী                    তলা চাদি উরী
য়েচৈ "তাংজবীনি ঐদি"                  তলা উথোং তন্ লী।
তাইবং কোনগী উরী থেম্নৈ                তলা কোনগী উরী,
য়েক্তৈ তলা মঙ-ঙই হা-ঙই                উকোল ওংবী উরী।
কোক্তৈ হেক্ত অনকপ 'ম                   লৈতে অপাম পামদ
হোইবিবনি নোংদম্বনা                     য়েচ্চবনি হেক্ত।
তাইবংকোনগী উরী মাদি                   থায়ক্তৈ অপাম পামদ
ইক্তৈ ফোরোহ মবুক্লীংগী                   য়েচৈ অপাম কাদা।
কনাগুম্বী উরী কাদা                      তাকপি মথম্মোইনা
খোঙদিন্নরু হুংশি মাগী                    "য়েচ্চভম্নি সিনা"।
তাজরুবৈ থম্মোই মপাউ                   তমজৈ হুংশি তন্ লী,
অপাম খঙদে হুংশি হোইদো                তাইবংকোনগী উরী।

পোক্তেনকোন্দা তলাকোন

ওংলি তলা — কয়ানি—
সনাথোংনাং — কয়ানি।
লোয়রং থোংনাং — কয়ানি,
তরুংথোংনাং — কয়ানি।
নারেঙখিনা — কয়ানি,
বোটকী জাৎনা — কয়ানি।

হেল্লি মাগী মাগী লমথৈ।

চাউদম ৱাংদম উগী কোল

হেল্লি কয়া চীংজেপ্তা,

হেল্লি কয়া চীংয়াংদা।

হেল্লি কয়া চীংখোঙদা,

হেল্লি কয়া চীংদোম্দা।

হেল্লি কয়া লমজাউদা,

হেল্লি কয়া লম্লেন্দা।

হাল্লি মাগী মাগী লমথৈ।

লমজাউনি হায়সি পিক্না থোকপা লম,

ইংথোন্নি হায়সি চাউনা তাবা লম,

লাংম কৌবা নোংদল্লি

য়াইঙ্কোন্নি শরুথিবা লম্,

চসি কৌবা নোংদল্লি

লঙ্কাংশীংদা থানথবা লম,

মঙ্গেল্লোয়শিংগীনা পোথা-লম

অঙাং সঙ্গ্গীনা য়াথোক্রম

হৈপাল হৌই পানচমদ

লৈপাল হৌই শাৎচমদ

হৈপাল লৈপাল ওংনা কোকপা লম

মপু পাল্লো পান্দলম,
পান্থদো পানবা লম,
লমদোমসিদ্বী ময়োন্দা
নীঙ্খায়য়বা লৈপুংদা
হৌরি ত্তলা মদোম্ অপিথক
কোলোয়না মাগী চুংশি চলাম্বা—
জাত্তি সনা খোংনাংনি।

| | | |
|---|---|---|
| অঙাং কারে মঙোন্দা | — | কারে কানা অত্তুম, |
| কাওরেন ঙারে মঙোন্দা | — | ঙারে ঙানা অত্তুম, |
| উশা থেক্রে মঙোন্দা | — | থেক্রে থেক্রা অত্তুম, |
| ঊনা হেক্রে মঙোন্দা | — | হেক্রে হেক্রা অত্তুম, |
| লৈখোঙ কংলে কদোদে | — | কংলে কংনা অত্তুম, |
| চাউরৈ শিংলে কদোদে | — | শিংলে শিংনা অত্তুম, |
| উজাউ ওইনা পোকচরু | — | রারে রানা অত্তুম |

তাল্লি উরেপ ত্তলা অপিথক
কোলোয়না মাগী চুংশি চলাম্বা—
থঙদে করি খোক্রনি!

| | |
|---|---|
| অপাম মাদি চৎলি য়েংনা | পুক্লীং মাগী ঈহুল— |
| চল্লি লোইনা নিপা শাগৈ | ত্তম্মি খোইমু শাহুল |
| চৎলি লোইনা নুপী শাগৈ | শাঁডেল লৈরাং শাজৎ, |

তৌরুরবা অপাম্ পুজা — চৎনৈ লৌনম লীচৎ।
য়েংই লৈশক খোইমু মাদি — য়েংই লৈশাৎ লৈরোই
মেংই কৈদা লৈহি হোঙবা — লৈরাং মাগী য়েংলোই।
তৌই চীরোল চুম্থি পেম্না — মশাইদনি য়েংবা,
অকিবিরুদে লৈরাং মাগী — লৈহিদনি নীংবা।
তম্রে লৈমল লৈরাং মানা — হোংই তম্র লৈখোং
মানা লৈশাৎ তম্বী লৈরাং — য়েংই কোইদো লৈখোং।
নীংসিংবিদে হাম্নে লৈরাং — উরু কেনবা লৈদা
শিন্দুরুদে পিরিক অমা — লৈরাং মাগী মংদা।

লৈরাং মাম্ল অতমতার — শকচৈ খোইমু খুদিং,
লেনজৈ লৈহি তমজৈ খদোল — খোইমু অরাক' খুদিং।
হেদোনজৈ হেম্মোইনজৈ — খোইমু খুদিং কাদা
লেপচরুদে কনাই কাদা — কেমজৈ কমতুনত।
অপাম মাবু সানৈ হুংশি — খোইমু খঙ্দে লৈরাং,
হুংশি মশক খঁঙমদনা — লোইজৈ খোইমু-লৈরা'
শোল্লে খোইমু শাগম্‌ফাং — লোইরে অপাম-খোজাল
চল্লে লৈমল কল্লে লৈরাং — লোইরে অপাম-খোজাল।
হেদোনবী লাইরেম্মনি — মাদি মীরমসিগী ;
অশেং-খুভম লাইগী কোন্দা — লৈতে খুদা মাগী।
পুজে 'তুবু অপাম মানা — হুংশি মাগী থরায়,
লুইদো লানবা থোঙকম মাগী — হাংদে তরাই তরাই।

খৌজানবিদে কনাই কাদা তরাই মালংসিদা,
লৎন লৎন হাপ্পি ঈখৌ ইকপি পুক্লীং মৈদা।
ইকপি অস্তম মৈথৌ কন্না তাদ্রি ফাওবা কোন্সে
থঙলবদা হাংবি থোঙফম তারে সনা কোন্সেং।
কচ্চে পুক্লীং সুংশি-পূজা কুবি সুংশি 'মৃত
মালংনদে কদৌ পুক্লীং তরঙ মালংসিদা।
লাংজৈ সুংশি মাগী মঙাল থকচৈ সুংশি 'মৃত.
পাইজৈ কোয়না পুক্লীং নোংইন সুংশি মকোয়সুংদা।

সুংশি মাদি তাজৈ মুন্না থম্মোই মাগী মপাউ,
চত্তে শাজং অপাম মাগী থিদে মাগুম চৌহ্লাউ।
থিদে নৈশক য়েংদে. নৈথোং য়েংদে নৈশাং-নৈরোং.
থিদে নৈহি ইঙ্গৈ অতুম থম্মোই মাগী ফৌরোং।
নৈনমদনি মানা পাম্বা ঙাওজৈ নৈনমদা 'তুম,
মঙজৈ মঙলান মঙলোন মঙলোন মুঙ্গৈ মঙদা অতুম।
থিদে কদৌ থুলং-লমল তান্দে করি মথোই
কচ্চবদ থংজৈ মাদি য়েংদে করি ফৌরোং।
লঁঙে লঙনা তৌজৈ লুনা ফরে ফনা অতুম,
তোংবা মাঙবা মাগী কাদা অমত্তনি অতুম।
ফংজববা মাগী থৌজাল সুপী-নীপা কনা,
কচ্চে পুক্লীং হকচাং থবায় সুংশি কাদা লোইনা।

য়েংদে শক-চু পোকফম-শাৎফম থিদে কখি লন-থুম,
কচৈ নোঙ্গা পুন্সি-লৈরাং হুংশি কাদা অদুম।

থম্বান্না লৈশাৎ তমজৈ
ঙংলৈ থোইমু কয়া কয়া — লৈরাং মাগী নাপ্প লাং,
শীঁঙেল মাগী মায়োক লাং,
মায়োল থুদিং লৈনা লাং—

লৈরাং মানা থোশাবিদে
কোরৌ মাদবু মঙ্গংশি — অঙাল মানা হেল্লে নোকচৈদে
অশাম মানা শান্নে কপচৈদে

থরোনা লৈশাৎ তমজৈ
ঙংলৈ থোইমু কয়া কয়া — লৈরাং মাগী নাপ্প লাং,
শীঁঙেল মাগী মায়োক লাং,
মায়োল থুদিং কোয়না লাং—

লৈরাং মানা থোওইবিদে
থাজ মাদবু মঙ্গংশি — থাজ মানা হেল্লে নোকচৈদে
থবি মানা শান্নে কপচৈদে।

থোইমুনা ফনা ঙংজৈ
শীঁঙেল মানা থোশাকদে
শীঁঙেঙ্গাদি হুমিৎলে—
নোংপোক্কা হেল্লে কোরৌনা — ওইঙ্গে য়েংজৈ নোংপোক্কা,
নোংদোন্দা কাগে থনিনা — য়েংজৈ অদুম নোংদোন্দা,

খুমন্না শাল্লে নোংচুপ্পা — কপচৈ য়েংজৈ নোংচুপ্পা।

কোরৌ মাদবু মক্তংশি।

হুজা লৈরাং ইতিবেন—

নিংথৌগী মমোমগা ওইশিল্লে,

লৈশাৎনগা লৈপুং ফাজিল্লে,

ওংলৈ খোইমু — কয়া কয়ানি—

অপাল-অপিল — কয়া কয়ানি।

শাদা থৌবা — কয়া কয়ানি,

লান্দা থৌবা — কয়া কয়ানি।

চেংলৌ শক্তম হেল্লবা,

গুন্না থৌগাই পুরবা

রাশিনা চেঙৈ খিল্লবা—কয়া কয়ানি।

থম্বাল ওইবী ইতিবেন্নি — কোরৌ মাদবু নীংজবী,

থরো ওইবী হুজা মানি — থাজ মাদগী লেপচবী,

কোরৌ নীংবী হুমিৎলৈনি— হুংশি মাদবু থঙবী—

হুজা মানা থৌশারুদে,

কদৌনি ফনা ওংজরৈ।

চলাম মাদবু মক্তংশি

রাথন্দ মাগী মতৌজৈ।

রাক্কুরবোই মপাউশোন — হুজা ওইবী থম্মোই মাঙ্গী,

"ওইবী চাদি হুজা নংবু"

তাজো ঐগী ইপাউসিবু—

"তলা ওইবা চলাম্বা—
তাংজফম্রি উরী নঙ্গী!"
নুংশি পূজা হৌরগে
চলাম মাবু মায়োক থেল
লেপথি নুংদা তম্নবু
নুজা লৈরাং ইতিবেন।

(ইতিবেনগী থম্মোই পাউদম—লোইরে সিদা লীকথা।)

---

## লীক্লক

উরী মানা পোকচবনি
তাংজৌ তলা উক্ন।
তলা মানা হৌজবনি
থাঙ্গৌ মাগী উকা
তমজৈ তলা চাদি উরী
য়েচ্চনীংবা তলা,
হক্লে হক্লা য়াংলে য়াংনা
য়াঙ্কে মাবু তলা।
তাক্লরবোই ইতিবেন্দো
থম্মোই মাগী মপান্দ,
তমজরক্লে চলাম কাদা
নোংদম মাগী তলাউ;
তাঙ্গরক্লে স্নম নোংমনোং
নাম্বা শেল্লম কোলোয়
ভংজরবা অহিং নুংথিল
নুরা লৈথোং তন্ কোইঃ।

নুংশি-লাংদা নৌনা তাবী
নুজা ওইবী থম্মোই
অফা-অপুন্নবৈজে নংবৈঙ্
তৌরু থুদিং তন্ শেঃ।
থাংবৈজে মথোঙ চুম্না থাংদে
নংবৈজে অনী লৌশিন,
হাইবৈজে মথুং চুম্না তাদে
ইপঙ ইপঙ পঙশিন।

পুরৈজ মণ্ডক অৱাবনি    ঙমদে চুম্বা ঙকফম
খণ্ডজদেদো কৈদা থম্বা    লুজা ওইবী মিৎফম।
তুংদা লৈরে লুংশি মানা    খঙদে শোবিংনজৈ,
মাঙদা লৈরে খঙদে তৌফম    তুফক তুফাইনজৈ।
লুজা ওইবী পুক্নীং মাগী    চিঙৈ অতুম ইচিন,
খম্মোই মাগী লৈতাজদে    খঙদে করি ইথিন।
তয়াং-তশোই পুক্নীং মাগী    হুৱান লোঞ্চৎনজৈ,
তাকপা তৌদে লুজা মশা    মানা থোকপা চঠৈ।
মুনা হেক্তা ময়েংজকই    নংদে থাম্বা কৌবা,
ফল্লপ হেক্তা হুকই মিচ্চি    তাদে থিংবা কৌবা।
মিচ্চানক লুংশি মাগা    নোকফেৎনজৈ লুরুক,
তোক্লোদনা য়াদে হুকই    য়েংদশিন্ন লুরুক।
মোমোন্নক ছাইৱপ থিত্তং    ডাংজৈ লুজা মায়থোং,
তাদশিন্ন লুংশি মপাউ    তাজৈ মুন্না না থোং।
সাশিন্নজৈ চচ্চনীংবা    চত্তে ফমথৈ অতুম,
চৌন্দি ফম্মরোইদা ফমধে    হুক মুক অতুম।
ডাংজৈ ৱাহৈ তুম্বক তুম্বক    ফোঙজৈ থম্মোই মপাউ,
হায়গা মাইগা নৌদা মাইনা    খুঙ্গে লুংশি মপাউ।
নমথাং ফিজিন চিংজৈ পঙচিং    ঈপোম্নরক থম্মোই,
চৈর ফিজিন চিংজৈ পঙচিং    ঈথক্করক উনগোই।
কিজরুবোই খঙগ্রমাক্কে    ঈথক ঈপোম লোইনা,
য়েংজৈ লুরুক কোয়েং কোয়েং    মশা পুম্বা লৈনা।

ওমজখিদ মায়পুজবা লৌউজ নাদই লৈরাং
হুল্লে হুন্ন হাইরে হাইনা শান্নজেদো লৈন্নাং।
য়েংজৈ লৈদা শান্নে অতুম নিরমঙ্গু মতা,
নিজরকউভে মোমোন্নজ হাপচৈ ফুংশি খুত্তা।
য়েংজৈ কল্প ফুংশি কাদা করি দোবা লৈরাং
মতানিদো কংলবনি ঐদি থম্মোয় লৈরাং।
অডকপনি ফুংশি মানা শান্নরিবা লীলা,
মাগী লীলা ফম্বাক থক্তা পুশিন পাথং-মুরা।

শীঁজেল পোমত্রা পোম্মুদা লৈরাং লৈশাং তম্নকপী
তাউজিং তমত্রা তম্মুদা হৈন্নাং হৈপাল তম্নকপী
লৈরম স্থনা শাংথিবী হৈরম স্থনা পানথিবী
তাইবং মৈন্নিং শীংওইবী তাইবং লিক্তই ওইরিবী

পলেম মাগী মশক্তম
থভনা উনা ওয়কম

কোরৌ মানা কোনবা লম থংগোল মানা কোইবা লম
ফুমিথানা হেনবা লম শজিক থাবা থোনবা লম
থবান-মৈরা থানবা লম হৈনা লৈনা থনবা লম
মপু মাগী য়াথোকফম নীংথিরবা অশেংফম

লৈকোয় থম্বান্নুংনিদা
লৈয়োল ওইবা মালেমদা

তয়ামগে মপুং ফানা শায়োন চাম্ব তন্ তৌ

শেমখি মপু তাইবং হকচাং          লৈকোয় থম্বাল মতৌ।
মৈকম্লিদো তাইবং হকচাং          তাইবং মৈরিং মৈপী,
থোক্লিবনি হকচাং খুদিং          মৈথাং মৈরোল মাপী।
মৈরা ওইবা মপু মাপী            অশেংকম্লি হকচাং,
মৈথাং ওইবা থরায় মানা          ভাল্লিবনি হকচাং।
পুম্নি 'ডুনা লাইপী ব্রাখল          তাইবং উনগোইস্লুংদা,
খুঁভি খঙদে খঙদে খঙদে          সোম্নৈ অতুম হেক্ত।
কাউরবম্ন মুঙাইরিঙৈ            কাথি হয়াউ মথোই
সোম্নৈ মীনা মিংথৈ মাপী          থোম্নৈ অরা পোলোই।
অমম্বদা থৌজৈ মীনা            লৈরি লমজিং মহাক,
মায়োক্লজৈ অরা-অনং            লৈরি থৌজাল মহাক।
শক্তুনা লোইবা নাইরোই          থাকতুনা থম্বা,
কৌনৈ মারু মীপুম খুদিং          পুন্সি খুদিনবা।

লাইনীং মীশক মরিনি—

মালং লীথোঙ মুম্না খঙবা মীশক 'ম,
মালং লীথোঙ থঙ্গে তানবা মীওং 'ম।
অপাম নীংবা থুংগে তানবা পুক্লীং 'ম;
অরা থম্না পঙ্গেংবা থম্মোই 'ম;

লাইসোল ময়ম অহম্নি—

থোন থোক্লা সোনবা লাইসোল অমা;

লৈদ মথৎপা
খোন্দি খোক্তবা লাইমোল অমা
খোন্দ্, খোক্তবা
লৈশু থক্তবা
ছুংদনা সোনবা লাইমোল অমা—
লাইমোল অহুমসিদা ছুংদা সোনবা লাইমোল,
কঙ্গে খোইনা পাঙ্গল নমজে অতে লাইমোল
পাঙ্গে লাইনীং থুনা—তন্ থুংজে নীংজবা।

ছুজা লৈরাং ইতিবেন
মথক্তা অমা শাক্তবী          মথাদা অমা পোমদবী
তাঙনা শাৎপী লৈরাংনি।
পঙ্খৌ ওইবা কাদম্ব          পলেম ওইবী কাদম্ব
ইমুংগীনা শজিক্নি,
য়াচঙ্গীনা থবানি।
কেনা নৌনা য়োকচবী          চাউনা নাউখি সাজবী
য়াইফবী ছুজানি।
পোকপদগী ঙসিফাও          লৈশাৎ লৈপুং ফায়ফাও
অরা কৌবা শকথঙদ্রি
ছুঙাইবদ শকথঙলি।
অরাৎ-অপা করিনো          নীংথুংদবা কদায়নো
ফাওদ্রি ছুজা মবুক্তা।

কোরো মাগী খোঙচত্তা ঋতু মাগী য়াওন্দা
নিংথম-কানবী মনাইদো,
অহিং-লুংথিল মথায়দো।
অৰ'-লুংঙাই অনীনা লাইজ ইপাল মাগ্ননা
ঈতিন চেনবা পুম্সিনি।
কয়া কুইনা লুংঙাইনি!
চলাম্বগী ৱাখলদা নুজা মাগী থম্মোয়দা
অৱা মমি তাখিদো।
থম্মোয় মানা তক্সিল্লক পুক্নীং মানা লাউশিল্লক
চৎলে চৎনা থনখিদো,
কল্লে কল্লা সোনখিদো।
করি লুমিৎ থাদবু লুংশি মাগী কাদবু
ৱাইথুংগবা ৱায়দকো!
ঈশৌসিদ নত্তেদো অথুকপ'ম চেন্নৈদো—
শোয়বা থোক্লো করিলুং
মাঙলেদকো অদুলুং।
থম্মোয় মাগী কংজথি মায়থোং মায়হিং কাজথি।
নত্তে মৈচাক অফানবা
লুংশি মৈচাক লুংহৌবা—
কাজৈ মায়থোং কাজৈদো কেমজৈ হকচাং কেমজৈদো।
কাজৈ মায়থোং কদৌনি

মায়হিং থাংবা থাজনি।

হুংশিদরা থাজদো                    নোঙাল্লমদাই হেনবদো!

থৎপদনা পেনবিদেদো                    লৈকংলানা ঈচেল
য়োৎপি লোইনা লাইজ-থবায়          কংজৈ মুচ্চৈ ঈচেল
য়োৎপি হুংশি-ঈচেল কোঙ্গায়          ইচেম্লনা পুন্সি,
পন্থ্ংদবা কৌবা মাস্থ               থঙনৈ লোইনা অসি।
থস্থজক্ক অস্থম হুজা                  করি ওইবা পুন্সি
পন্থ্ংলম্থ হুংশি কাদা                ঐগী খোঙফম অসি।
তৌফম থঙদ থনখি হুংদা              "চঙজরগে লাইদা",
সোনখি মিথৈ পাদস্থিগী                 থুপ্না থম্মোইহুংদা।
উরু মাঙদা চয়োৎ পান্দোং             থচ্চৈ লাংনা অনী,
হাপচৈ হেক্ক্ লাতোল অমা            লোঙ্গৈ মথুৎ অনী,
"থুরুমজরি থৌজাল হৈবী               সেম্মু ইমা লৈপুল
চলাম্বগা নমোম ঐগা                    লাংনা 'নীসি তন্ পুন!'
কাজগনি থুয়াথাদা                      ইমা চীন্দম হৈরাং,
লাংজগনি শমজিবৈগী                    নাপ্পই নাচোম লৈরাং।
শেংজরিয়ে নথোঙ-থম্বাল                মিৎকী পিনা ইমা,
পীনবিয়ু পীনহৈবী                        কারে থম্মোয় হুজা!"

লাৎখি হুংদা চলাম্ববু                    হুজা ওইবী থম্মোয়,
অতৎ-অথম লৈত শকখি                 হুংশি ঙ্গারেং উনগোই।
"হুংশি নঙবু কদোহুংদা                 মাঙদা থাজগবা,

পাম্বু নঙবু ফংলগম্বু ꠀ ꠀ ননাও কবি ওইবা!
ঈওল্লিবা লুংশি-ঈরোক ꠀ ꠀ মুজা থশোয় লুংদা
ঙমজরুদ হাংবা নুংথোঙ ꠀ ꠀ ফুদোক ঙমত্রে পান্দা।
পীনৌ পাঙল ঈরোক মাগী ꠀ ꠀ লুংশি-মিৎয়েং 'মনা,
শঙবিয়ুনে মথৌ মাগী ꠀ ꠀ লুংশি-রাহৈ 'মনা,
চেল্লসম্বু ঈরাউখোল্লোয় ꠀ ꠀ তাইবং-খম্বুং ফাওনা
মতম মাগী হৈ-না তুংইন ꠀ ꠀ য়াওল খুদিং লোইনা।"

তেংথাখিদো খোঙথাং খুদিং ꠀ ꠀ মুজা ওইবী থশোয়,
তাক্ত তেংথা ঈওনখিদো ꠀ ꠀ মুজা ওইবী উনগোই।
কপ্পিলখি ঈওন মানা ꠀ ꠀ নোংম নোংমই অসুম,
য়েক্তরবোই পুক্রীং ঈপাক ꠀ ꠀ অসুম অসুম কন্‌তুম
ঈপোম্নরক ঈপাক পুম্বা ꠀ ꠀ মালং ঈকোয় থুংনা
য়েক্তরবোই চলাম পুক্রীং ꠀ ꠀ লেম্খি মাসু ইন্না।
তাখি মমি ইতিবেনগী ꠀ ꠀ মাগী উনগোইশুংদা
ফাওখি লোইনা মুজা শকতম ꠀ ꠀ চলচ্চিত্র মতা।
মথং মথং অসুম তশেং ꠀ ꠀ উখি শংশং মিত্তা,
মখি মঙলাল তাইবংকোন্দা ꠀ ꠀ শক শক মাঙদা।

লোনৈ মখোঙ কবি নত্ত ꠀ ꠀ থঙদে শোয়রে ঙকপু
চুবৈজ য়েংবৈজ মিচ্চি ফম্লপ ꠀ ꠀ মুননিসু তন্‌ হু।
ঙমদে পুবা মমায় চুম্না ꠀ ꠀ নোকফেৎনবৈজ লুরুক

করি নত্ত হাইরপ য়েংলম খুমজৈ থিত্তুং ফিরুক।
সেমজৈ চরৈ ফিদ পঙসেম য়েংজৈ মশা কোয়েং,
সেমজৈ চিংথ চিংথ ফিবাল লোল্লপ মশা তন্ য়েং।
থিঙ্খি লুংশি চলাম মাবু মুক্তা ওইবী লৈরাং,
লেপখি মথম্মোয়না ওইগে মাবু মায়োক-লৈরাং।
পাঙলগেদো মুরা লৈথোং ঙসি কৌবা নোংদই
কংলবনি থবায়-হুকচাং ঙসি কৌবা নোংদই।

অপাম-লুংশি থঙলবদা কেজৈ মীপুম খুদিং
য়েংজৈ "ঐবু কৈদা শোয়রে" খোঙথাং খোঙথাং খুদিং।
অপাম মানা উরসম্থু ফজৈ ঐগী চেংলো,
হুরসম্থু পুক্নীং মাগী পামজসম্থু ইতো।
ঙম্মথৈ সেমজৈ মকে উচেচ নীংথি' মতো,
পাইজ তোয়না ইপাল লাংজৈ তাজৈ মায়থোং চেংলো।
ঈশিং মনম নম্বা ফিদ চরৈ ফিরোয়নজৈ,
হৈনা লৈনা লীক্লা কোন্না মশা লৈতেংনজৈ।
কেজরিবা মণ্ডংপুম্বা উচ্ছরিবা মতো
অপাম-পূজা তৌব মীগী মথোনিদো মথো।
তৌরুরন, মায়খুজৈ অপাম কাদা তন্না,
পুন্সি কোঙ্গায় ওমচাক্লৈদো নীংথুংদবা মৈনা।

অপাম মাবু লুংশি ম্যানি থঙনৈ মীনা অতুম

নত্তে মরম লৈতবস্থ মচুমজেদো অদুম
মনবী থোমশেংবুস্থ কৌনৈ মীনা অদুম মঙ্গোম,
ঈশিং য়ানবা মঙ্গোম্বুস্থ কৌনৈ অদুম বঙ্গোম,
ওংজবনি কোয়ৌ লৈফম এহ্লৌ লৈদি হংশি
চাক্ষবনি নিংথৌ তুরেল লূজবনি হংশি।
লোকচবনি কোয়ৌ থংগোল শেংজবনি লৈচু,
মালেম লৈকোল ওংজরৈঙে মাঙ্খিবনি মচু।

মালংকোন্দা তাইবংকোল

শক্লে সোৱৈ মীপুম খুদিং — মশাই রাখল পুনা পু;
ছম্মি থংগোল অহিং-নুংথিল — মশাই রাখল পুনা পু;
চেক্লে ঈচেল কোয়ৌ-নোংজা — মশাই রাখল পুনা পু;

ওংজরৈঙে তাইবংকোল

এহ্লৌ লৈদি নুংশি লৈ

তারু মীপাউ অস্থম অস্থম নোংমনোং,
লাংউ থংগোল অস্থম অস্থম নোংমনোং,
তারু ঈচেল অস্থম অস্থম নোংমনোং—

তমথিবোইদো লৈশাৎ অদুম — মশাই রাখল পুনা পু,
মকথিবনি লৈচু মাগী — অপাম কোলোয়নিদ পু।

অপাম মাদি কুপ্পি য়াম্না থিজৈ হন্না মরম—
পাথোঙ পুথোঙ মশক মতৌ য়েংই লন্-থুম করম।

শাজৎ নুংজৎ ঋাঙাং-শাঙাং
লোইবা লৈতে ঋাক্তে মাগী
অপাম মাদি পোকচৈ মিত্তা
য়োকচৈ মাবু পুক্নীং মানা
কইঙ্গ হইঙ্গ মুচ্চৈ ঈচেন্
লোইজৈ ঈচেল মংদা অহুম

থিদো লোইনা অহুম
থিন-মরম অহুম।
কুম্মৈনিদো মিৎকী,
হেদোনিদো মাগী।
তাংজৈ চহী মতাং,
চেন্দে কদৌ থম লাং।

নুংশি কোবী মাদি পোইঙ্গ
থম্মোইদনি মানা পাম্বা
থম্মোইত্তম্ব ফংদ্রসন্
খোয়দারুবা মাগী কাদা
শিন্নজরো থম্মোই অনী
অতৎ-অথম কোবা লৈত
থমদে মংদা অপাম মতম
ঙুংশিখোল্লোয় ঈচেঙ্গথি

থিদে করি থোইনা—
পেইঙ্গ থম্মোইদনা!
লেপচৈ মাদি অহুম,
কচ্চৈ পূজা অহুম।
ঙুংশিনরু মশেন
চেইঙ্গ ঙুংশি-ঈচেল।
তিল্লুই মতম-ঈচেল
তুংওই থম্নুং 'শিথেল।

খোঙ্গূল লীবা খোক্তে ঋানা
খোঙথেংনজৈ মফম 'মদা
য়েংজৈ চলাম খোঙদোইগল্লি
অহু মঙায় ইতিবেন্স্
তোরৈ তুথুপ য়ৈনা থিজৈ
ঙুঙাইনিদা থজৈ ঙুজা

ঙুংশি মশেল অনী—
হেক্ত অহুম অনী।
ইতিবেন্না কদোম,
মাজৈ চলাম কদোম।
ইতিবেনবু চলাম,
'সিদা লাক্লো চলাম।

থেংনজরে ভুথুপ 'মদা নীংনজবা অনী
হুঙাইনংজ তাঙ্গা ফংলে হৱাউজৈদো অনী।
লক্নগল্লি হুংশি মাদি হুজা-পাখং শাগৈ
হুংশি শৈহৌরমদাই মতাং তাঙ্গা ব্রানা ফংঙৈ।
তমগে তৌজৈ থম্মোই মপাউ লৈংয়ং হেক্ত ফাবি,
চহুললিদো তুফক-তুফাই ইকাই-ঈশিং চাইবি।

থম্বি লেপফন তিঙক তিঙক মমায় ঈঙাং তৈবি,
পুঙমহন্দে মশা মশা থোক-থোক থোক-থোক নোম্বি।
য়েংজৈ ফল্লপ ফল্লপ মিচ্চি নোকফেৎ নোকফেৎ মায়থোং,
তৌই কৃষ্ম মাদি অস্তম থকচৈ পেন্না মিৎ থোং।
পাউদম্নরো মথাদোকপি তোক্কে লক্নবদি.
খিল্লি মাঙদা নোকফেৎ নোকফেৎ "সাক্ষীনিহায় ঐদি !"
মতৎনৈদো থম্মোই-পাউদম পাম্মু-হুংশি 'নীদো,
"খূনবিনিদ মরোল ঐনা" নোকফেৎ নোকফেৎনৈদো।
করি হায়নি লক্নগনবা হুংশি কৌবী মাদি
মাগী ফবা হায়বদবু খূনবি লোইনা পাউদি।
তম্লে চলাম থম্মোই মপাউ ব্রাহৈ মতৎ মতৎ,
তম্লে 'তিবেন থম্মোই মপাউ পাউদম মতৎ মতৎ।
সাক্ষী ওইবী হুংশি মানা খুল্লে লোইনা মতৎ,
লেংশিনবিরে পরেং 'নীদা মাগী মাগী মতৎ।

"হুক্লজব়ো" চীঙ্গোইবিরে হুক্লজরে পরেং,
তেম়জরে থম্মোই অনী শকখি হুংশি শৈরেং।

(পাম্মু-হুংশি 'নীগী' ব্রাতেম—লোইরে সিদা লীক্লক।)

---

## লীকয়ায়

কালেন্না থাবূম তাল্লকৈঙে
মপান্না অঙ্গম ফরকৈঙে
কাজৈ মথোই নোংমনোং
চেক্লাচাদি পিথাদোই—
কৌজৈ থাদোই খোম্থাং হাপ নোংমনোং
তেন্না শাংনা খোল্লৈ পু হোংনহোং।
কালেম্না থাবূম ফারবা
মপান্না থেংনা ফরবা
হেদোজৈদো হেদৌজৈ
চেক্লাচাদি পিথাদোই—

ফোঙজনীঙ মথম্মোই
লোইনা তেংনা শিংনশিং

থল্লুবোইদো মহাক্না
খোল্লৈ মাগী হুংশিবা
খোম্বাং মাগী অৱাংবা
পাল্লুহুনা থেক্না খোয়
থম্মোই-পাউদম পাল্লরোই,
পাউদম মরোল স্বররোই—
থাদোকচৈদো থাদোকচৈ।

থম্মোই মপাউ শেংনা থপ
মচং মচং লোইনা খোম,
ৱাহৈদনা শেংনা শেং
পাউদম্নবা পাঙনি
মরোল স্নুনা তাজনি
নীঙুৱবোই মহাক্না
খোংজৈ খেংনা থপ্না থপ
থাদোই থাদোই পিথাদোই
থপ্না থপ্না খেংনা খেং
কৌজৈ থাদোই পিথাদোই—
ফোঙজৈ থম্মোই তেংনা শিৎ।

শিন্নাইফম্নি নাইরি তরেং
লীরি ৱারী হন্ন'মনা
তান্না হারি তেন্ৱা উথুম

শামান্নবী ময়াম
হুন্ডাই-হুন্ডাই কয়াম।
কয়া কয়াই ৱারী,

অম্নিনহু মদোমদেদো                য়াওরি কুংশি-ঙারী।
মীরগ্রেনম্বী কয়া কয়া                লাইরয়েনম্বী কয়া,
হায়া নোংখাং শৈরেংগুম্বা                হুঙোল' ঙাকম কয়া।
কপা ঙমদ্রে ইত্তিবেন্দো                লাংম্নুরবোই ঈথৌ,
থংগোল ঈচিক লাংগে হায়জিন                হুজা মরৌ তন্ তো,
থোকচৈ মপান্ন ঙাইজ উথোং                য়েংলি থৌয়াং লম্বী।

"কঙ্কি লাক্কে পাম্মু নংবো"                দোক্কৈ হুজা ওইবী।
লৈরাং লৈথোং থিরোইদোবা                লৈত্তে কনা থোইমু
হেদোদবা লৈরোই লৈরাং                উজবদা থোইমু।
লাক্লে চলাম লেপলৈ মাংঙদা                "ঙাইরি থোইমু কনা",
নোকচৈ মিংনা খুজেং পাল্লোই—                ওকচৈ নোকফেংননা
"ঙাইরি থোইমু লৈকাউববু"                হুজা ওইবী 'তিবেন।
"পামজদেকো থোইমু শাজং                থঙজো ঐদি থংলেন,
ঙমজরোইকো লৈকমজবা                য়ৈথি লৈথোং থোইমু,
কাউবদদি কাউবিমুকো                ননাও ঐবু পাম্মু!"
ভাজৈ মতোল হুজা লৈরাং                নোকফেংনজৈ মিংনা।
য়েংজৈ· চলাম কুংশি-চেংলৌ                ওকচৈ নোকফেং মিংনা,
"পামজদেকো ঐম্থ কুংশি                শাঁঙেল—লৈরাং—শাজং
থোইমু অয়াক' খুদিং                লৈহি তম্বা লীচং
ঙমজরোইকো মিকাজবা                থাঙয়ান অরোন পুবা,
কুংশি-য়ৈহৌ য়ৈশা কনবা                থাঙনা থাঙনা হিংবা"

নোক্নিন্নজৈ পাম্মু-সুংশি ৱাখৈনজৈ মুগৎ—
কায়নরমদাই সুংশি সুংশি য়েংজৈ হুজা হঙ্গৎ।
"য়েংউ পাম্মু ইমুং খুদিং লখী ঐগী অমুম
শমু লেংদা উৎকে খুংশা খঙ্, মরোল অমুম!
অমা উৎলে ইদোমদনি ঙসি কৌবা নোংদি
ইনবিরকউ হুজা ইতুং অৱা পোথানসি,
অনী উৎলে অমা য়াওরে পলেম খঙদে পন্থৌ,
অহুম উৎলে য়াওরে 'নীমক য়াল্লক্নমু য়াংদো!
কৌনরক্লে ইতিবেনবু শামাল্লবী ময়াম—
"ৱারৌল্লকো পাম্মু নঙবু কোরেদোসে ময়াম
ঙমদে ননীং খুংনা চৎপা সুপীজানি ঐদি
লাকখিগনি পাম্মু নঙবু নোংম কৌবা নোংদি"
পীজৈ বিদায় পাম্মু কাদা য়েংজৈ হন্না কয়াম,
থাংঙমদেদো মথোঙ খোঙথাং লেপচৈ পক্লৈ কয়াম।
লীনি করম পঙল' খোর্জৈ পাম্মু-সুংশি-খোঙফম,
য়েক্লি করম তৎল' তুরি পাম্মু-সুংশি শক্তম!

নোংম কৌবা নোংগী ৱানি কারে কোরৌ কোক্তোল—
লাক্লে মতম লৌশূ পোথা পোথানরে মুরোল।
ঙাইরি ফোংনা মৌগী লেংনা মাগী মাগী থংলেন,
কৌনরিয়ে খুৎলাম তোয়না "পোথাররো থংলেল!"
লৈশা লেংনা য়েংলি থুপ্না সুংশিনবা মীশক

চৎলি উৎলম মচি মচি — লুংশি কান্দা মশক।
ঙাইনরিয়ে তাম্না তাম্না — মাপী মাগী লোয়্নম—
ঙাইজরিয়ে ইতিবেম্, — চলাম মাবু লোয়্নম।
লীনরিয়ে পাৎথংশিংনা — তুমিন তুমিন খোঙ্গ্ল,
লীজরক্নে চলাম্বম — লুংশি মাগী খোঙ্গ্ল।

লোইবী চীঙ্গী চীঙ্খোঙ্জেনি
তলা পামেল উখোঙদনি,
লুখ্রা নৈহাউ মখোঙ'মনি
পাম্-লুংশি পোথাজরি—

তলা পামেল উকাথক্তা — তোংলি চেক্লা তুম্মা,
শাবি-শানৌ মখোয় 'নীগুম — পোথারিয়ে তুম্মা।
খোংলি নাম্ম ইল্লি 'মম্ম — কুকু-কু কু—
ঈংলি মৈশা থিক্লি 'মৃত — চেক্লা 'নীগী কু—।
তারু চেক্লা লুংশি-নৈশক — য়েংলুই 'তিবেন থক্তা,
উরুই লমগী খুম্ন অনী — কায়দোংজবা উদা।
উরু মুঙোল চীলোক্লবা — হায়জরকই 'তিবেন,
য়াইফজেদা চেক্লা 'নীসে — কলক্তরা থংলেল,
চাক্তাজরে তাজে পূন্না — শেত্তে নাম্ম 'মুক্ত
য়াচঙজরে চঙজে পূন্না — কায়দে তুম্মা 'মুক্ত।
কায়দোংজরে তোংমিন্নজে — লাংদে কায়ন-মৈশা,
নীংদম পাঞ্জে পুল্লি চুপ্পা — পুন্দে মীরা মীশা।

কদায় ঐখোয় তাইবংমীদি  লুইগংগী লুইগংঙাক,
নীংবা কৌবা চৎপা ঙমদে  কুরাউ হংগী হংঙাক !
পূঙ্গোয় 'মক্ত ফমজ' ফংদে  পাম্ম, নঙ্গী নাক্তা,
তোল্লি লুপী ওইবা মপোক  তাইবং মীগী জাত্তা।
হাইরপ য়েংলম থংলেন মাবু  য়েংলি তরোই শুন্দা
থঙদে কন্নি থঙ্গরিবা  লুজা মানা লুংদা।

হৈরাং হৈপাল শুংদহৈ  লুজা তলা শুংনহৈ
তাউজিং তুম্মা পান্নহৈ  লাঙ্গোই য়াচু মান্নহৈ
তাউজিং এহ্লৌনখিবী  হৈরাং হৈরম পোকখিবী
মপুই পুন্নীং লুন্নহৈ  মালেম লৈকোয় খোম্নাংহৈ
থাখুম-ফিনা য়োম্নহৈ  তংলুদনা থুন্নহৈ
হৈরাং মাবু কারগে—
লৈরাং লৈকা শুংদলৈ  লুজা লৈরাং শুংনরৈ
শাঁঙেল এহ্লৌনখিবী  লৈরাং লৈরম পোকখিবী
মপুই পুন্নীং লুন্নরৈ  মালং লৈকোয় পোন্নরৈ
পলেম মাগী শক্তম্নে  চরৈফিনা য়োম্নরৈ
লৈরাং মাস্থ কারগে  লুংশি পূজা কৎলগে
চলাম মাবু মায়োক থা  লুজা ওইবী পুন্সিদা
থল্লুরবোই লুজাদো
অন্না-পোথোক সাজিন্ন  থংলেন ফৈন্না মোনথাইনা
তাজথিদো শানৌদো।

নাশং থক্তা তাবা হৈ
খুল্লোইদোবা কনা লৈ,
তিংথৌ থক্তা কেনবা লৈ
চিল্লোইদোবা কনা লৈ !
তমখি চৗন্দম তাউজিংদো
চিনথি লৈদো খোয়রাংবা,
ফুংশি-রাখৈনখিদো
ইতিবেনগা চলাম্বা।

নোংদমথীবী লৈরাং মানি
শীঁঙ্কেঞ্চাদি লৈহাউ,
ইন্দে খোইমু লৈরাং কাদা
য়েংদে কদৌ হন্ ফাও।
খোইমু উরে খোয়শাউজৈদো
থঙ্গে "ঐস্থ লৈনি,"
লৈরাং উরে লাঙজৈ মবুক
শাউজৈ "ঐস্থ লৈনি"।
ঙমজরুদ তাইনজবা
নোংদম মাগী লৈরাং
তাইনজৈদো হেদোনবা
মাঙদা খোইমু-লৈরাং।
মালং মাগী মালংচৎনি।
লাল্লি থঙদে চুম্মি—
তাইনরুনি কনা থিঙেল
নাসিদদি ঙম্মি।
রায়ৌখিবোই লুঞ্চালৈদো
উটৈ হেদৌ মাঙদা,
তৌখি শিরাপ তমথিরবা
পাম্মু ফুংশি-কাদা
লঁঙরিবা নখোয় 'নীনা
লুঞ্চা ঐগী কাদা
থুংনয়মু নীংবদদি
হন্দক মপোক্লিদা।

( পাম্মু-ফুংশি 'নীগী ঈতিন—লোইরে সিদা লীকয়ায়। )

## লীকথাং

নাশংলক্তা থুপ্না শাৎপী    মল্লিকাগী লৈনম
হুইদো মালং চেল্লি মপাউ    থুংনা মাগী মরম।
মনীং চৎপা মালংনিদো    ঙম্নি থিংবা কনা,
লৈপাউ চেনবা মথৌনিদো    চেল্লোই করি মানা!
শল্লক্লেদো পাথং লেংদা    চলাম্বগী মপাউ,
শীল্লক্লেদো সুরা লেংদা    ইতিবেনগী মপাউ।
বারীনরক্লেদো অসুম    নহা পরেং পরেং
তানরক্লে থর থর    অহন নাকোং পরেং।
য়োরে নাকোং পলেম-পঙ্খৌ    নোংম মমোম মপাউ,
মৈহৌথিদো পঙ্খৌ-থম্মোই।    তারকপদা মপাউ।

খোইমু-লৈরাং ঙাস্থ-খোংবাল    শক্লে সুরা-পাথং,
লাইনা থাবা মরুপ্নিদো    থঙনৈ লোইনা তাইবং।
চৎলোদনা পথাপ্নিদো    চক্তে কনা পঙ্খৌ,
য়েৎলি পারি মমোম কাদা    থাংবি হেক্ত খুরৌ।
চুম্বরা হায়সি কদায়    চুমদে হেক্ত লালি,
লাল্লোদনা 'তুদি হায়সি    কদায় হেক্ত চুম্মি।
তৌরু তৌরু থবক্তগী    চানৈ লোইনা মহৈ,
ফংনৈ মীনা অরা-সুংঙাই    অচুম-অরান মহৈ।
চুম্মে খুগাপ লাইবক ফরু    পাল্লুই মচাই য়াইফ,
শোয়রে খুগাপ লাইবক থীরু    চেনখি মচাই য়াইফ।

য়াইফ উৱে লেইক্লে নোক্লা                অৱা উৱে কপ্পা,
চানৈ মহৈ ত্তৌবগী                          ঙমদে চেনবা কনা।

তাইবং লৌশিং তম্মি কোম্না                ইরেনবুঙ্গী ঈরেপ,
ঙমদে 'ত্নবু কদৌহুংদা                     লেপ্পা থম্মোই মরেপ।
খঙজরুদ পম্হৌ মানা                         মচাই থম্মোই মরেপ
"য়াইফসম্ভ" য়েংলুই লম্বী                  খোনগে য়াইফ মরেপ।
শীঁঙেল 'তিঙা, লৈৱাং 'তিংকোক            তাখি মচা কয়া,
লম্খি লুংশিজরু মচা                          কপখি পম্হৌ কয়া।

লুইদো মতাং মথোক কাবা                    তাইবং পুক্সিসিদা
মাঙনৈ মীনা য়েংহৌদ্রবা                     মুন্না মতাংসিদা।
ফত্ত' ৱাখল তাল্লি মরেপ                       লেংনা অসুম ফল্লক,
অপাম ৱাখল কাঁড়ি মকোক                    থানা অসুম ৱাংলক।
অফ' ৱাখল শিথৈ অহুম                       চপ্পক খ্বাংনা অসুম,
অফ-ফত্ত খঙদে কদায়                        ইথৱৈদো অহুম।
নোংৱাম্বাগী তুরেন্নিদো                        মথোক কাবা খোঙফম,
চেল্লি, লূদে ইনাং ঙাক্ত                       কঁঙাওনবা খোঙফম।
নমথায়রুৱে লৌনম্বান্দো                      চায়নি খঙদে মরায়,
থেংনরুডৈ তোর্ব্বাল শোনবা                  তন্ন হেক্ত নমথায়।
পাথৈ ঈশিং খোংনা লাউনা                   তাজৈ ময়েং তম্না
মাঙজৈ তুরেল মশা মাঙনৈ                   লৈবাক-নিংথৌ মানা।

থাক্ত মচা হুংশিজক্ত মাঙ্খি মচা কয়া,
শোনখি তক্সি সুস্তাইখিদ কপখি পম্থো কয়া।
তাখি ময়েং চায়খি ময়ায় নৈবাক-নিংথৌ কয়া,
পম্থো মাগী থোঙফম নাক-য়েৎ লুথরবা কয়া !

মচা চাগদৌগুম হুংশি শক্লৈ কৌই মচা,
পম্থো মাগী লাইনীং ’মনি য়াইফসম্থ মচা।
লম্না পান্নি তাইবংসিদি খঙবৈ লোইনা অত্নুম
লোখৎলিদো শেম্না শাগৈ লেপ্পি শক্ম অত্নুম।
মহৈ হৈয়ো শেন্দা রাৎলো মাঙনজৈদো অত্নুম
পাঙ্গল কল্লো শেন্দা নংলো কাম্নদেদো অত্নুম।
লৈজবো জ্ঞান লাইরজরো থানবিদে অত্নুম,
পাপ্পি মপোক শেন্দা নংবা খঙবৈ লোইনা অত্নুম।
থাজনীঁঙ্ই মপা কনা লাইরবদা মচা
চাদ থক্ত অনং-মৈরক হক্সিম্নীঁঙি মচা !
নীপা ওইবা কনাই লাইবক খঙবৈ তম্বা ঙমদে,
খঙনা তানা ঙনা ’হুবু কাউবৈ অত্নুম খঙদে !

পুক্সি-থোঙফম অহুম্নিদো মালেম তাইবংপান্দা—
থোঙফম্মনা থেংবৈ চীংমান তাইদো ভুদা থোংদা।
হুমিৎ মশক কৌবা উদ চৎলি পুক্সি-লমশাং,
চাবস্থকপা করি ফংদ অরাবদ তন্ থাঙ।

অমুক 'মনা চৎলি লম্নদাং          নিংথৌ মনা লম্বেল,
তোংই দোলাই থালি পেজাউ          লমশাং শিংনা লম্বেল।
লাংদে ফুংশা চোক্তে নোংজু          তাদে মখোঙ লৈবাক,
লমশাং চুপ্পা থোগল লাংগল          থাম্লি লোইনা লৈবাক।
থোঙফমদি চৎলি অমুক          নিংথৌ মনা লম্বেল,
ফাওই অমুক নাৱক-শীংলক          থেংনৈ অমুক লম্নেল।
পুন্সি ৱানা থোঙকম্নজো          ত্নমকপনি চলাম—
কনা লৈত্তে তৱক-তৱক          তৌবিনবা তৱাম।

অঙকপনি মীওইবগী          লাইবক কৌবা নঙসে,
ফরিবৱা ফত্তবৱা          থঙদে নঙ্গী পুক্নে!
ঙৱাং মপু ঙসি মনাই          নাচুংবিদে নঙনা,
ঙৱাংলৌকথাং ঙসি শাইদাং          থম্ববিদে নঙনা।
করি চৎপা করি লাকপা          য়েংশিনবিবা তৌদে,
"মাগী করি থোকপা অদুম"          লৈদো "ঐদি থঙদে"।
"য়াচ্চবনি মশাই লাইবক          লৈত্তে ঐগী ইথৌ।
য়াঙ্কবনি মশাই থোঙকম          নত্তে ঐগী ইথৌ।
য়েংবদনি ঐহাক্তিদি          চৎলি করম থোঙকম,
চুম্না অদুম তুমিন তুমিন"          সিৱা নঙ্গী ৱাকম!

মশক ফজৈ মতৌ লৈজৈ          মনা ঙনি চলাম,
নিংথৌ চিবই মশুমক্তি          মপুম লম্নি শৈজাম।

মপা নিংথৌ তুখি লান্দা          ইনথি মমা লৈমা
হিংজচৌই মেলৈথোম্বা          লৈত কনা অমা।
মপা তাবা হেম্বা ক্বাকপু          ঙুংশিবিদে শাগৈ,
অফং-অফং লোইনা চিকপি          লৈত্তে মাগী পাখৈ।
শাইদাংজরি পোক্লেনকোন্দা          য়েংজবুনা হিংফম,
ওইরু মরুপ মুংয়াম্বনা          শীনখিদো লৈফম।
হুন্দ্রে মৈচাক মুথৈ মৈরি          হুল্লে চাউজৈ অহুম,
হুল্লে মৈচাক অস্তম অস্তম          কাজৈ মাসু অহুম।
মৈরি ওইবা মেলৈথোম্বা          লাংলু নিংথৌ মঙাল
য়ানথি 'কারম শাদা লান্দা          পানথি চাউনা মঙাল
শাদা থোই কনা ঙমদে          চীংনক্রুবা মতম,
লান্দা থোই কনা ঙমদে          শীংনক্রুবা মতম।
তাখি ঙম্না মতম থয়াৎ          ইনথি লৈমা মতুং
রানি হিংবা ঙমদে ইনবা          কনা অশি মতুং।
লমজা নত্তে কদৌরুনি          লমজা মাগী মতম,
সারা নত্তে কদৌরুনি          সারা মাগী মতম
নোংদম থীরু নাউরা চলাম          হিংবা তাখি হিংখি,
মতু শোন্না পিরোয়ননা          লেনবা তাখি লেনখি।
কৈনা তোকপা পোক্লুবরা          পাউরৌনৈদো তাইবং
শেবোৎ মানা শানত্রা মাইরেল          শরুজৈদো তাইবং।
মপাই মচুম মপুই মচুম          শিন্থে চাদা কাদা
ইন্থে চাদা মথোই থুনাম          মতম-তে বোল-খক্তা।

শুক্না নুংদা তাদা শোন্দা
নহাস্নোলগী লেংদা
লমজেন্দসু মুক্রানসু
থানৈ চলাম য়ৈম্দা।
চাম পাবা কৈরেন থোনা
থুম্নি কৈনাট কাদা,
নীপা ওইবই মন্তিক মঙাল
য়াক্তে চলাম কাদা।
লৈজৈ য়াক্তে ক্‌দৌননি
শিদোম্নজৈ চলাম,
নংই লন্দা লৈত্তে কনা
তৌবিনবা তরাম।
খুগ্ন্নু অনং যমি উজৈ
মাদি লোইনা মীশক,
উবিদেদো কনা মাবু
খঙদে মাগী মশক।

থাদা কাবা মায়হিংদ্রি
ওইনৈ মাগী লৈত্তেং
কজ কাদা পোৎলমখিবিক
ওইনৈ শক্নৈ লৈত্তেং।
মীদা কাবা অনং-মায়হিং
নক্তে কদৌ য়াশি,
শুক্রা মম্বা অমম্বনি
মম্মি থীনা মায়ন্দি।
উরে উনা অনং' মীবু
উদে কনা তাইবং,
খঙলে খঙনা খঙদে মাবু
মশক কনা তাইবং।
উরে উনা পোক্পেন নি,থৌ
উদ্রি চলাম মশক,
খঙলে খঙনা করম দৌই
খঙদ্রি মাবু মীশক।
থাজকনি মচা করম
খঙদ্রি-উদ্রি' মক্ষম
লংশিল্লুনি করম তম্বা
অরেম্বদা মৈফম!
অঙাং ওইবই ইরাংনিদো
মতৌজবনিদো,
তরানিদং উন্নদ্রগা
অচুম মকাউনিদো।

"মপাল কোবা থোকহলনোই  ওসিদপ্পী ইমোম,"
লেপথরেদো পোঙ্গেননিংথৌ  কাজিললগে মমোম।

থোক্কে মপান ইতিবেন্দো  পোন্দা চলে চেক্লা
য়েংকৈজে চিংনা শংবান ’তিয়া  কপচৈ উক্ক তলা।
লাংজনীঁঙ মালং ইপোম  থপচৈ শাগন তুফাং
পাইকৈজে কৈনা তেংথা নাওই  পোনপ্পী মকোয় তন্ লাং।
হাপখি থোঙনা পোনপ্পী মথোঙ  ওমজরুদ থোকপা
ঈহৌকৈজেদো থল্লু পিয়াং  নোংদম মাপ্পী থীবা।
অনা লোয়রে পোম্বি চেক্লা  লোথং য়াদ্রে ’তিবেন,
চাদ্রে, থক্কে, তুমদ্রে, হিপ্ দ্রে  ওলে কৈচু শীঁঙেল।

তুম্মা কায়রে পোম্পি-চেক্লা  পাইরে নাম্ম তরক
কপ্লি মদোম তেংথা তেংথা  থল্লু মরক মরক।
তরক তরক পুম্পি লমশাং  লাক্লবনি চলাম,
’তিবেন নত্ত কৈতে কনা  তৌবিনবা তরাম।
ফংলু নাক্কা ফুজা মাবু  কোক্ল তরক্লবা
থঙ্করুইদো পায়মা ফুংদা  লোইরমালে রাবা।
ঙাল্লুই ফুংদং নোংজা ’তিয়া  লাংউ নোংথাং মঙাল
মমশিকৈজেদো হেন্নহুম  মুংখিবগা মঙাল।
তরক্লখি মমশিনখিদো  চলাম-থম্মোই হেন্হুম,
তমখিবোইদো নোংদম মানা  রাজো থোইনা হেন্হুম।

লৈজনীংদ চথোকইদো | ঙমদে লৈবা য়ুমদা,
চথোকউইদো উরুই কপ্পি | মফম কয়া লমদা।
চঙলু লৈথোং উরুই লৈরাং | ঈহৌজৈদো পিরাং,
শাৎলি নঙদি লাক্কে নঙ্গী | শামাম্রবী লৈরাং!
কনাই কাদা তম্লগনি | খুদোল নঙবু লৈরাং!
চঙলুই হৈথোঙ উরুই হৈরাং | শিষ্টে মিক্তা পিরাং।
পাল্লি নংদি লাক্কে নংগী | শামাম্রবী হৈরাং,
কনাই কাদা তম্লগনি | খুদোল নঙবু হৈরাং!
ফমচৈজ তরক চচৈ তরক | কপচৈ তরক তরক,
উরুসিবা করম মাবু | খচৈ মরক মরক।
হাপথি ঈথৌ উরু চেক্লা | তুম্মা তুম্মা তুম্মা,
পাইবি চেক্লা নোংদোন্ ফৈগাক | তুম্মা তুম্মা তুম্মা।
কায়দোংলিয়ে উশা খুদিং | তুম্মা তুম্মা তুম্মা
চাক্তাবিয়ে লমজাউ থোম্না | তুম্মা তুম্মা তুম্মা।
"থীনমক্ল তমইদকো | খয়ুম নঙবু নোংদম,
লঁঙক্লবা কয়া ঐনা | নহাননোংদা নোংদম!"
কপ্পি ফমথৈ লৈমায়থক্তা | "মপোক থীনা পোকপা
পোকহৈদেকো" তেংথাজখি | মপোক পিদোন পোকপা।

য়ুদে শৌনা তাঙজা লিম্না | থিংদে পম্না ফুংশিৎ,
খুক্তে শৌদা য়েংদে পন্দা | ফুংশিবগী ফুংশিৎ।
য়ুংলে পায়মহুংদা চলাম | উরুরগে 'তিবেন,

য়াচঙ নারল লোনবা তাঙ্গা কারুরগে অথেন।
থিরে তাউজিং মপুই চীন্দম নীংথিজবা লৈরাং,
য়োম্নে কোংগোম নমথাংক্লিনা ফিদোন কিশি তন্ লাং।
য়েংলে তাঙ্গা ফল্লে খোঙদোই তম্নে নিংথৌকোন্দা,
লাকচৈ মপা নিঙোল কাগী থুপচৈ অমম্বদা।
চীঙ্গোয়জখি লোম্না চলাম খোম্নাইদবা লোন্দা,
ফুংশি নঙবু চঙশিল্লকউ ফল্লাং নক্লা 'সোমদা।
লীৱক্লিয়ে থংলেল ঐনা ফুংশি নঙী খোঙ্গুল,
ঈংনজগে থৱায় ঐগী প.ম্মু নপাউ তন্ খূল।
তম্লক্লিয়ে তাউজিং হৈরাং য়াওরক্লিয়ে লৈরাং
তম্লো চীন্দম তাউজিং হৈরাং চিল্লো শীঁঙেল লৈরাং।
ওক্লে 'তিবেন শীঙ্খোঙ হম্না পাম্মু মাগী খূদোল,
কচ্চরেদো থয়ুম কাদা ফুজা থুবাং তন্ লোল।
তংলে তম্না তাউজিং অমা লাম্নে পুক্লীং মকা,
চিল্লে তম্না শীঁঙেল অমা ফল্লে থম্মোই লকা।
কোরৌ ফুমিৎ ফুমিৎ খুদিং লাকউ পাম্মু নঙবু,
উদ্রবস্থ চেংলো শক্তম তাব্রা থংলেন নঙবু!
"তাইদো য়াবা নখোন্দদি ঈংজৈ থৱায় ননাও,
খৌরাংজৈদো ননাও ঐনা ফুংশি-কোলোয় নপাউ"
চীঙ্গোইজৈদো পাম্মু কাদা হীক্লা হীক্লা 'তিবেন;
লোথি বিদায় কপ্পা চলাম লৈহৌইদো 'তিবেন।

( ফুংশি পক্সিংখিবা মথিং—লোইরে সিদা লীকথাং। )

---

# মীক্লোই

কোম্বৌ শীঁবুম য়াম্নশিল্লক্লে 'তিবেন অনা লোয়বা,
ৱারে থৱায় পলেম 'পোকপী ওম্‌শিল্লক্লে খাঙবা।
মিৎকী পিগা ঙৈরোয়ননা চীঙ্গোইজেয়ে মপাউ,
থংলেন নঙবু তা-ওগবা ননাও ঐগী ইপাউ!
নমোম লাংলেল অপিথক্লে মদোম শাংপী লৈনি,
থক্তা য়েংউই লৈরাং অমা কদায় শাত্রবনি!
খাদা য়েংই তমত্রে থঁঙ হৈরাং লৈরাং অমা,
পাগ্রি ইমোম অনী শকপী ওইরিবনি অমা!
কম্রো লৈরাং মুৎলে শজিক মগ্নে থবা শোয়দ্রে,
থম্মোই কায়না কপ্পা কপ্পা পুন্সি লোইবা শোয়দে!
চোল্লি পুক্কে পাইদো লনগৈ সেমগি চলাম মাবু,
অসি পূম্নমক্কী থঁঙ নমোম মানি মপু!
অসিমক্তু থঁঙ থংলেল থঁঙি নঙনা হেন্না,
অৱা-অঙাই তাইবং মীগী তম্মি লাইবক মানা!
নিপা ওইবই মরায়বক্তি হায়বা ঙমদে কনা,
উত্তা তুবা ৱাইদা হৌবা য়াইফে কনা তন্না!
তম্মু লাঙ্গোই শয়াং নেৎপা লাইরু-অনং মচা,
হৈয়ু চেঙশু ফৌশু লোইনা ঙোলাই তোংবা মচা,
পাউরোনরিবদো কাউহ্ন থম্মৌ নঙবু থংলেল,
থুংহন্সিদা মনীং মাগী মদোম শাংপী লাংলেল!

নমোম মাগা চলাম মাগা
ওইরম্মন্নু মিংকী কুইশ্ম
করি ওইবা থস্থো থংলেল
পুন্সি খোঙফম্নবা তাইদো
মুজা ওইবী থম্মোয় মাগী
য়াংফ-লাইনীং পস্থো নঙ্গী
তাখো থংলেল 'সিমম্নু
পীদ্রিবঁদো ননাও কাদা
লৈশাৎ তমবঁ লৈপাল মানা
হায়দে লৈপাল করিম্নুংদা
লৈরাং মানা লৈহিং থেনবা
মালংচৎনি মালং মাগী
লান্দে চলাম লান্দে, নমোম
'তুবু চত্তে মালং লীচৎ
নত্তে মুজা ওইবী লৈরাং
থম্মোয় পানবী রাখল লৈবী
খোইমু মাস্থ 'তুমৃডায় নত্তে
থম্মোয় পানবা রাখল লৈবা
নত্তে পলেম-পস্থো কোবা
থম্মোয় পানবা রাখল লৈবা
লৈপাম্বনা হেক্লফদে
মপু পানবা লৈরাংনিদো

শিম্নরম্মো থম্মোয়,
পুক্রীং মাগী হেম্মোই,
নমোম মাগী কাদা—
মতম য়াংদো থক্তা
কংনা কংনা অতুম,
তানি শিরাপ তনুহুম।
ননাও ঐগী ইপাউ,
থংলেল নঙ্গী নপাউ !
চুপ্সি লৈহি খোইমু,
লাক্ল, নহাক খোইমু।
খোইমু মানা চুপ্পা
থয়ুম মানা থাবা!
মরম অমহিক্তা—
হেক্ত তাইবং কোন্দা !
লৈরাংনিদ লৈরাং,
মানি মাদি লৈরাং!
খোইমুনিদ খোইমু
মানি মাস্থ খোইমু
লৈপান্নিদ লৈপাল,
লৈপান্নিদো লৈপাল !
হেক্ত তাইবংকোন্দা
খোকই খঙফম পুক্তা !

হেকচনীঁঙে শীঁঙেল লৈরাং
শীভম থোকপা কাদা শীনৈ
লৈরাং মাস্থ নীংদক্ষদে
করি কদোম হুশ্মি হন্না
'তুনা লাল্লি মথোয় 'নীমক
খুনাম শোয়রে তুনৈ, শোয়ম্রে
লাইবক ফরু ঐখোয়গীদি
রাক্তে 'তুবু অতৈ 'মত্ত
মপু ওইবা পন্থো নংনা
কৎকনিদো কৎনীং কাদা
হায়রো থংলেল লাল্লকনি
পিরোয়-পিথম্নবা য়াইদো
কাউহৈফদে থংলেল লৈদো
থম্মোয় পানবা পন্থো নঙ্গী
খল্লু থংলেল খল্লু মুম্না
শীহু তরাই চীঙ্গোই নপাউ
চীঙ্গোইজথি পোক্লেল লৈমা
রাজমনথি মমোম মাগী
তারু পোক্লেল লৈমা মপাউ
"লৈমা নঙবু ফংজবসি
পোমিৎ ফনা উনা চৎলি
পলেম অমা ওইবগীস্থ

তারৈ লৈগী মপু,
মাস্থ লৈগী মপু!
য়েংগদোনি পোইরৈ
লৈপু মাগী পোইরৈ
মরম অম'মুক্তা,
হীংনৈ তাইবংকোন্দা!
নংই চলাম লন্দা,
লৈদো লোইনা হক্তা!
'মপুনিদো ঐদি''
"ইনীং তম্নি ঐদি''
করিস্থংদ নংস্থ,
লাল্লু রাখল নংস্থ!
থম্মোয় হায়বা অমা
রাখল তৌকম অমা!
তিল্লাং য়োথ য়োথ
ননাও ঐগী কাদা—
পোক্লেল নিংথৌ কাদা
পিদি চহুম মিত্তা।
চীঙ্গোইরকই মুংয়াম—
য়াইফবনি ঐ য়াম!
লৈমা নতিক চাজৈ,
হেন্না নতিক চাজৈ।

ফজৈ নঙ্গী নপাউ খিবিক
পায়মা ঐগী খোয়জঁডি,
নীংখি নঙ্গী বাখল পূম্বা
ঊনবি থম্মোয় হুংজংই !
লৈনে 'হুবু অরাব'মা
তাওনে লৈমা নঙবু,
হুংজেংইদো থল্লুবদা
হোৌজিক রাকমদবু !
লালোইনিংথৌ পাথৌ ক্যাম্বা
ঊরবনি নঙস্থ
মরুপ্পিদো পীর্রিঙৈগী
থঙজবনি 'হুস্থ !
শাফম লাক্লে হোৌনবৈনদো
লানফম লাক্লে অহুম,
শাদা লান্দা তুংইন্নেদো
তাবাংনৈদো অহুম !
নোংম কৌবা নোংগী রানি
য়ারৌ শাদাম্মিন্নৈ,
শাদানফম্মা শেলোই চৌংনি
শাশীংনসি শীংনৈ !
পোঞ্জেল লালোই পাথং ভাক্লি
থূৎপু থূৎপু নাইনৈ,
চান্ন-চিন্ন থূৎপু সানৈ
লধু লধু হেন্নৈ!
মাগা ঐগা থূৎ'ম সাইদো
চোপ্পা য়াদে নোক্নৈ,
লোকচপ'মদা রাংম রাংম
মাগা ঐগা পূনৈ !
লাইবক থীরু খোঙফম অহু
তারুই ঊরোক ফিভম,
লোইরেদনা তাইবং চীঙ্গাক
রারুই ঙসি নোংকম !
লাক্লমদ্রবা পাথৌ মানা
লোইস্থ লোইরমগনি,
লীকথাং তৎথি পম্বৌ থুভম
মুত্তুম মুৎলমগনি !
ফুজিল্লকই মাঙদা লমওক
ময়া কোম্বোং লোনবা
খোঙহাই খিত্তং শোয়খিবদা
তারিবনি লোইবা !
ফুজিল্লকই তুংদা শওম
থূজিল চাউগোল্লবা,
কোন্দ কোনথিবদা হেক্ত
তারবনি লোইবা।

থোদু 'নীনা চপ্পা হানি  শোয়দ্রবনি তোইবা,
তম্বদদা লায়না থোকপা  ফিভম্নিদো 'ব্রাবা।
য়েংলি শাখোঙ অনী মিৎনা  থুক্লপ তনিক থম্মোয়
কোয়ৌ নোংথোং হাংউ পম্বৌ  কৌরি লুংদা উনগোই!
তাঙ্গা তানফম লুর'সিদা  লাকখি থোনফম অমা,
"মাঙদা শেল্লু তুংগী ঐ লৈ"  হোংখি সোয় অমা!
হায়না হায়না য়ৌশিল্লকখি  তেকপা ওকচাউ তম্না
য়েৎকী থোঙফম থংফুক থংহাই  লেংখি তানা থুম্না।
শওমতুম্স তুখি তম্না  পাথৌ মাগী তানা,
লেংখি থুম্না লৈমায় তুনা  থোকখি থোইনা ঙক্লা।
থোঙলৈ থুনা লোকচপ লাল্লক  কোল্লৈ ঐবু পাথৌ,
লাইকুনিহায় লাইকু পাথৌ  শোয়রমগনি পাথৌ!
কোল্লে ঐস্থ মাবু চেজেং  "শিংনি করম লম্মন।!"
"নকুপ ঐগী ইথোনিনা  পাথৌ করি লম্মন,
ঙসি থোক্লিবসি লৈতে  থোক্লোই ঐগী কাদা,
কল্লবস্থ য়াইদো ঐবু  নঙনা অরা 'নোংদা!"
কোক্লে রাবা, লুঙাইনরে  ফম্লে ঙহাক পোথা,
কানদ্রে চৎসি ঐথোয় অনী  লৈবা অস্থম চৌংদা!
চিংলে ঐনা তেকপা ওকচাউ  মানা শওম পুংজাউ,
পোথা পোথা য়ৌরে চৌঙথোঙ  কৌরে ময়াম তন্ লাউ!
চারে থক্লে লুঙাইনরে  য়েল্লে শারম লোইনা,
নীংসংনরু অরা' থোঙফম  কোম্নখিদো চেৎনা!

হায়নখিদো মাগা ঐগা
খঙদে খয়ুম নোংদমখোল্লা
"পারি ইমোম শাৎননবৈঙ
ওইনসিকো কাউনগুসি
কাউজনখিবা মালংপান্নি
কাউবা য়াদে মতানিদো
নহাল কৌবা নোংদই রানি
অহোঙ্গৈদা লান্দাই চৎলৈঙ
হৌদোরকখি মানা তন্না
তুনরসি য়ানখ্রেদো
তনঙায়রনি 'সিদা পাথৌ
তুপ্পরনি হৈজিং হৈরা
ফুক্কুরবা খোঙফম্নিদো
ঙাক্কখিদো পানা পুনা
করি ওইবা থঙদে লৈমা
লৈমা মাগী মিৎলু তঙ্খঙ

অপাম-মুংশি শকথঙলবী
তাম্নুমগঙ্গি পাউশিন্নবা
পলেম মানা হুন্নি কদোম,
হুজা ওইবী পুন্সি, খুন্সি,
পোক্কেন লৈম-নিংথৌ 'নীনা

থরায় হকচাং তুনা,
চীঙ্গোয় চীনফাংননা—
তম্নসিকো খূদোল
পাথৌ মুংশি-খূদোল !
কাউদুম কাউরুই 'তুবু,
তাওনে লৈমা নঙবু !
উরৈ মাগা পাথৌ
তুংইন রাইগী নিংথৌ।
থায়নবৈগী রাফম,
হলরাইরকবৈ খোঙফম।
নোংম কৌবা নোংদি
ঙসি হয়েংদদি !
শিৎলুরবা তিল্লাং
শিদুং নাদুং তন্ থাঙ !
ঈহৌখিদো পিরাং।
তিনথি থংলেল পিরাং।

নিঙোল ওইবীশিংনা
পলেম-পম্মো 'নীনা।
পম্মো মানা কদোম,
তারদোরি কদোম।
পাউশিন্নবা মতম

তাখি নাথুপ্পনা 'তিবেন খুনখি লোইনা ৱাৱম।
পলেম মাম্পী মপাউ তাডৈ লুমখি মবুক খিত্তং,
লাইবক ফরু য়াৱো পম্থো খল্লুই ৱাথম্মত্তং।
তাৱক অম্তম পম্থো মপাউ তনিক্লিডৈ থম্মোয়
উরু শিৱাং মিত্তা 'নীগী চাকথেকচখি পুম্নোই।
ফুংশিজৈদো পলেম-পম্থো পারি ওইবশিংনা,
হেক্তৈ 'তুবু ফুজা ওইরু মমোম ওইবীশিংনা।

ইতিবেনগী থম্মোয় ফুংদা হৌরি মৈফম অনী—
লমজাউথোন্না চীংমায় তুনা চাকপা লম্মৈ তারি।
শান্ন হৌডৈ অৱা 'মনা পুক্সিদা পো কাড
শান্নবৈদো অৱা খিবিক মথং মথং পো কাড।
পুডমপ্রিডৈ ফুংশি-মৈচাক লাংখি নোহৈ অমা,
হায়রুগনি ফুজা কাদা অমুক কৱিনিমা!
পলেম ওইরু থডৈ লৈৱা মমোম মাম্পী থম্মোয়
কপখি ফুংদা তুমিন তুমিন কায়খি মাম্পী থম্মোয়।
য়েংলুই য়াকা পম্থো মাম্পী ৱাশক 'মনা পুনখি
মমোম থম্মোয় খডলে খডনা কপ্পা কনুবা তাখি।
খল্লু করি ওইৱগবা লাংখি অৱা মমি,
মেৱা থাগী লীক্লা ফুবী শকখি থম্বাল মমি।
অৱাসোৱ পাবোৎনখি পিৱোয়নখি মিৎলাং
তৱোই তৱোই ফুজা হকচাং শকখি তৱোই' লৈৱাং।

লৈকা 'মদা তুম্মা শাৎপা
লেপ্পা লাইদো শাচ্চবনা
থম্মোয় লৈকা 'মদা ওৎবা
লুইদো লেপ্পা তাহেন
উৱোদনা হুংগী মিৎনা
হায়বা ওমদে 'তুনা কনা
য়েংলু পলেম উটৈ শক্তম
পম্মৌ মাবু য়েংউই 'তুমডায়
থাংখি ওক্তা ৱাশক হুইগং
কন্না কন্না থম্মোয় মাপ্পী
নুঙ্গায়রক্তা হোৎই ঈয়োক
নুঙ্গায়রক্লি তত্তফদে
চীংমায় মানা কাক্ৰবগুম
কাৱি মায়থোং পম্মৌ মাপ্পী
শিরম্নবা খোঙ্কানটৈ
উরম্মোইদো হুংডাইরম্লি
থীনমক্ষু তম্নশ্মিদ
ঈহৌরিয়ে তরঙ লাইজ
লৈখোক লোয়বা লৈরাং মতম
নীঙ্খায়রগে নীঙ্খায়রগে

চৎলি 'তিবেন মণ্ডা চৎলি

লৈরাং 'নীগী তাহেন
মিৎকী মাঙদা তন্ হেন।
হুংশি-লৈরাং 'নীদা
মীনা উদবনা পাঙ্গা।
উদে 'তুম্নু তশেং,
থম্মোয় মপাউ তশেং।
কায়দো 'তিবেন থম্মোয়,
পুঙমদেদো থম্মোয়।
কল্লি মাগী থম্মোয়,
খল্লি মমোম উনগোই।
চেল্লি তরু ঈচেল,
লৈতে মাপ্পী খোঙজেল।
চাকখি কুমগী লম্মৈ
মমোম মৈনা চাকটৈ।
নত্ত্রে পোক্রমদ্রবা
পলেম পম্মৌ রাবা
মুম্নু ঐগী লাইবক,
স্মরি থুদুম লাইবক।
ঙাইরি 'তিবেন মতম,
তৌবা লৈনি শক্তম।

থঙদে মায়গৈ করি,

ফম্মি কদায় মণ্ডদা ফম্মি          খণ্ডদে মফম কহ্মি।
য়েংই মম্বিং মণ্ডদা য়েংই          খণ্ডদে কহ্মি য়েংলি,
চাদি মচায় মণ্ডদা চায়দো          খণ্ডদে করি চারি।
তুমস্থ ভূম্মি মণ্ডদা তুম্মি          খণ্ডদে তুম্মি হৌরি,
ঙাংলু শক্রু য়েংদ য়েংই          পীদে পাউখুম কহ্মি।
ফম্মি চংলি তুমিন লুরুক          শিছৈ পিদি মিত্তা
চতুম চতুম—লিক্লাই মতুম,          তোপ তোপ নৈমায় খক্তা।
তারি মমি চতুমশিংদা          হুংশি-চেংলৌ ময়াম,
অব্রা-পিরোয়নবা ঙাক্ত          পলেম-পন্থৌ চলাম।
লেপ্লি অমরোমদা চলাম          তরক মিত্তা পিরাং,
'মূক 'মরোমদা পলেম-পন্থৌ          মিংলু থ্মা পিয়াং।
নৈফম খণ্ডদে সুজা 'তিবেন          মমস্ত্রে অহিং-হুংথিল,
পীরি চৈনা হুংশি-তাশোল          খম্মোয় থ্মা তন্ থিন্।
কেম্পি কদায় মতম মরৈ          শাংলি কদায় থোক লোম্ব
পুগুম রানা নৈনা নৈশা          খাঙলি সুজা 'ম্বা লোম্বয়।
চঁক্তি সুজা নিঙোল কাদা          ফমধৈ থুদা খক্তা,
তোফম খণ্ডদ মণ্ডদা মারুই          ক্যারগী মোল্লাং খাদা।
থেংনরুরে শীঁঙেল নৈরাং          তাজরম্বা কম কম,
পিদি মিত্তা চতুম চতুম          য়েংই পায়থং 'মমম।
ফাওখি চল্যাম মাগী মমি          নৈমল থুদিং য়ৈনা,
উরি কপ্লি হুংশি মাস্থ          খম্মোয় হিক্র হিক্রা।
থুক লাউ সুজা ওইবী খম্মোয়          হৌখি পিগী ঈচাউ,

ঈচাউনিনা তমথি চেনগে          ঈরোয়ননা ঈরাউ।
থিংসি কদায় থিংঙম্মুদ          থিংলঙ্গসি কদায়
ইক-ইক ইক-ইক খাংঙজরুকৈঙে          খাঁঙমখিদে তরাই।
পুঙমদ্রবোই হুজা-পাঙ্গল          ঈচাউ মাগী ঈথিল,
তাখি কমদা লৈরাং মতম          লৈচু তম্র লাংশিল।
ঙককই ফুংগি নঙ্গৌ ঈচাউ          'সিরা নঙ্গৌ ঈহল!

সেক্তৈ মচা পলেম থম্মোয়          লাপ্পে লাপ্পা অতুম
কোক্তৈ কাউদে মিকুপ 'মক্ত          নক্লে নক্লা অসুম।
অঙকপনি পলেম মাগ্নি          মতিক মঙাল 'সিদা,
লৈত্তে করি খঙ্গদ-উদ          মচা ওইবই লমদা।
লাংলে মচা অরাম-খোরাং          খোয়াং মানা পাউ শী,
অয়ো নাহে চল্লে মচা          অতুম মানা তশ্মি।
অচিক-অশা মচা ওইবই          পুক্নি খোঙফম খুদিং
তাকই লোইনা থম্মোয় মানা          খঙি পলেম তন্ তিং।
ফুংশিক্রমল তশেং মচা          পলেম মানা অতুম
মচাই লমদা লোইনা হেক্ত          খঙলিবনি অসুম।
কোল্লি তাইবং মপু মানা          ফুংশি-শক্তম তন্ লৌ
ঙাল্লি মানা পলেম-থম্মোয়          মশেক মঙাল তন্ পৌ।
তানি কয়ম মদোম চিপক          কয়া কুইনা 'তিবেন,
লীরকথিদো লৈথোং লৈমা          খূল্লে তম্না শাঁঙেল।
পাউথাখিডৈ লৈমা মানা          লাক্লে নিংথৌ মুংয়াম,

লাক্লে খুরাই-চিরাই তাণবা
লায়কল্লরে কল্লা 'তিবেন
হৃত্তরক্লে মথং মথং
মমোম মতো উটৈ রাখি
কপচবদ থংলবনি
"পোক্লেন চম্মনিদো নহাক
নহাক ইহাকথংগী কায়নি
রাশক্লিস্তু নপাদগী
পানা পুনা চৎনরকপা
নহোয় চারোন্দস্তু অস্তম
মতম 'নীদি উরে তুংদি
অসিমস্তু কাউন্তু লাংলেল
কোক্লগনি নপা নিংথৌ
লম্মন্নিস্তু নত্তে লাংলেল
নোংদম মাগী নোংদমথোন্নি
রাজরিবা নপানিদো
য়াইফ নঙ্গী খনবতনা
রারৌকনি পল্লৌ কাদ!
রাতাকনি নমা ঐনা
কাউন্তু 'সিস্তু ওইনৌ তুংগী
মৈরাসিগী মডাল তাংনা
তাইবং মীরা ঐখোয়শিংসে

লোয়শঙ অমাই ময়াম।
লাক্লে খোংগুল থরা
অস্তম থরা থরা।
কপচৈ পোক্লেল লৈমা,
পলেম ওইবী লৈমা।
তাওনে নঙবু ইমাশক,
করম নপাই রাশক!
মনীং নত্তে থঁঙু,
মঙংনিদো কাউন্তু!
থোক্লোই করম হায়নি,
থঙদে করি ওইনি!
নহাক পোকচক্লমল
মীগী তোল্লু' লম্মল!
লঙদ লঙ্গে লঙবা,
লঁঙোই লঙবা তাবা!
ইমোম নহাকথংগী
লাইনীংনিদো মাগী!
ইমোম নঙনা করম,
মরম খঙনা করম!
লেঙদ' লমজিং মৈরা,
চৎনৈ তাইবং মীরা!
হুপী থঙদে হুপা,

মরূমগী মরূম ঙাক্লিদো শাম্নবা পী-পা !
কোমগী কোমঙাক্লিদো তেংবাল তাননবা মরূম।
উঙমদবা থুৎশিল 'মনা শান্নৈ থুপ্না মরূম।
শাম্ন-পোৎলম ওইরুবনা লৈতে করি ইনীং,
তাগে'সিদা তারোই'ত্নদা তৌনি করম ইনীং !
পেনবা তাইদো ইমাই লাংলেল তারু-তারু' কোমদা
হৈত্রে পেনবা ৱাবা তাইদো তাইবংপানবসিদা !
হৈরে পেনবা থোঙকম্নৈদো ঈংনা পুন্সি-লমশাং
লৈতে কনা নীংবা থুংবা য়ৈনৈ অতুম লমদাং !
কপ্নগন্থ ইমাই লাংলেল নোংদম- নঙ্গী ইঙ্গো,
ঙম্নোই নঙনা লমথৈজবা নোংমতবু কোরৌ !
চেনঙমদ্রবা নোংদমথোনগী করি কান্নৈ কপ্পা,
পুক্নীং হকচাং অরেম্বদা কান্দে থঙ্ মনবা !"
পলেম মপাউ তাঙৈ 'তিবেন য়েংথংলক্তে মুক্ত,
তারে তারে হেম্না শিন্থৈ পিগী চত্নম -লৈদা।
থাঁঙমত্রবোই পোক্লেল লৈমা কোনথি মমোম 'থাদা
পিদি চত্নম চত্নম মিত্তা থম্মি মিৎফম শুন্দা।
তাখিদরে ৱাগী মতোল তৎশুবোইদো খোঙ্গেল,
থম্মোয়ত্নদি তন্ত্রি থঁঙি চেল্লি পিগী ঈচেল।
কোল্লি মচা হিংনা থাদা কংগ্রি পিগী ঈফম,
য়ৌদি য়ৌরে নক্কে পঙ্খেং 'মত্ত ঙায়রে থাকফম।
( ইতিবেনগী কায়ন-মৈশা—লোইরে সিদা লীক্লোই। )

## লীকথোম

লাঁঙি মচাই অঙং-অউন                মতিক চানা মুংয়াম,
তওং চাম্মা তমং চাম্মা                ফিরোয়-ফিঙাম চাম্-চাম্ ।
পোৎলম মথল চাম্মা পৈরি                পরেং পরেং চাম্মা
খিল্লি চীংতুম অনেম-অৱাং                তরু তরং চাম্মা ।
মমোম শাৎপী পম্বৌ-থম্মোয়                লুহোংলমদাই মমোম
কপচৈ হুংদা অহিং-হুংখিল                শেৎনৱনি মমোম ।
উরু অঙং অউন ময়াম                নোকচৈ অমুক তম্না
ৱাৎলি অতৈ করি পোৎলম                য়েংজৈ মুন্না মুন্না
কপ্স, কপ্তে নোক্ন, নোক্কে                পোঞ্জেন নিংথৌ মাদি,
য়েংই তাউনা ৱাক্তনবা                অউন পোৎলমদদি ।
তাগুম উরি লাংই মায়থোং                অৱা'মগী মমি,
মমোম মশুং ৱারবোইদো                শাম্মে থৱৈ মমী ।
থম্মোয়-হুংশেল মকোয়হুংদা                ফাওই মথোই মমি ।
হান্না লাকুম তাইবংকোন্দা                কোরৌ মাগী মঙাল
তাৱৈ হান্না পুম্মিকোন্দা                হুঙাই মাগী মঙাল ।
হান্না উগুম য়াচঙ মাগী                মালেম নৈদা মমি
উটৈ হান্না তাইবংকোন্দা                অৱাবগী মমি ।
থুক্কি হুংদা পোঞ্জেল নিংথৌ                করি ওইৱগবা,
কেল্লো মদোম শাৎপী ইমোম                ঐথোয় করি ওইবা !
নীংসংলুউঙ ৱাশক মঙং                লানবোই থল্লি মশা,

পানা পুনা চৎনরমদৈ চুম্নি লোইজ মশা।
চুম্নি থঙদে লাল্লি থঙদে শোয়রে 'মদি থৈঞ্জে,
লৈরাংমক্তি নত্তে লুজা লন্নাই থম্মোয় পাঞ্জে।
অরা-লুংঙাই অপাম-পামদ থঙজৈ লোইনা অদুম
চন্নি পানি করম লৈরোং লুজা মাবু অদুম !
কৎনি করম কৎনীং কাদা সাক মাবু লৈরাং
চিংনি করম তাউবা হুইগুম ইনীং হুইগং তন্ থাং !
শেল্লম হিনাউ হিরোয় মাগুম হোল্লম তুখুল তন্ লাং
তালল্লবা হিথুংনফম মতম তোরৈ তন্ লাং।
কায়রম্মোইদো করি থৈঞ্জে কপ্পি লুংদা "শোয়রে."
নোকপা ঙমদে 'ডুনা নিংথৌ কাথি লুংদা "লোইরে।"
"অফ-ফত্ত মশক লেপ্তে ওইনৈ নোংমা-নোংমা
তম্না মুম্নৈ 'ডুনা খুভম কানৈ নোংম-নোংমা।
মতম মাগী তোরৈ ইন্না হিহোন্দবা কনা
পোঞ্জেল নিংথৌ ঐহাক্লিগুম শোয়রোই থাঙবা চৈনা।
ঙসি কৌবা নোংগী খোঙফম করি মুন্না য়েংদ
ঙরাং কৌবা নোংগী খোঙথাং পুকুই ঐদি রায়দা !"
থঙকুদৈ অসুম অসুম চাক লুংগী চৈনা
কপ্তে নোক্কে পোঞ্জেল নিংথৌ চচ্চৈ অদুম রানা।

তেল্লি মতম লুঙাইবগী শাংই অরা মতম,
ঙৈথৌ লাংলে করিনিমা লাকপা লৈতে মতম।

ডাইরি চলাম ব্রানা য়াচঙ
মথোঙ কোবা থাংদ্রবরা
অব্রাবনি থল্লুবদা
পূন্দি নোংম কক্কদৌনি
পূং'ম হৌথি পূং'ম কাব্রুক
চৎলে চলায় হুংশি নাক্কা
উন' ফংদে শক্কা শক্কা
ভয়জদে ব্রাহৌনবা
ভম্মি কয়ম ব্রাহৌনবা
খূৎকা খূৎকা পায়নজক্ক
থনগ্রবনি পাম্মু হুংশি
তাগ্রবনি পন্দোল পন্দোল
উনবনা মতাং 'মদা
চাকথেকপিদো পাম্মু-হুংশি
নক্করমই উন্নদ্রিভৈ
লাপ্লয়েদো উনজভৈ
পায়নজভৈ খূবাং 'নীনা
চাকথি থোয় থম্মোয় অনী
কংখি থরক য়াব্রা থোঞ্জেল
কপচৈ 'তুনা পাম্মু হুংশি
থেঙজিললক্রে মতম অস্তম
কয়বনি মঙদা অনী

য়েংই হ্নমিং হঙ্গং,
সোল্লি অস্তম শাউগং।
তাহয়াঁ ডি থুনা,
কাউনৈ হেক্ক তম্মা।
লাক্রে য়াচঙ মতম,
হুংশি খূদোল তন্ তম।
পায়নৈ খূৎকা খূৎকা,
ওক্রে পিগা পিগা।
তায়গ্রবা অনী
নক্ক উবদনি।
পূস্নি লমশাং 'মনা
তায় তায় তায়া।
লোজৈ কায়ন-শক্তম,
মরৈ লীশিং তন্ তম।
পাম্মু-হুংশি 'নীদো,
য়োনা তায়'নীদো!
লোথি কায়না মৈরম,
মরৈ লিশিং তন্ তম্
ভমদে পাউশিন্নবা।
থংজৈ কপচবদ
মোংয়াই চবুক লোজে,
থঙদে 'মস্ত থেঙলে।

ওহাক্তবু থৈগে হায়দে
তমখিরবা ফক্লাং,
য়েংলি অতুম কুম্মৈ 'নীগী
হিক-থম্মোয় ফলাং।
থুক্স্, থম্মোয়মুংদা 'তিবেন
"লৈরক্তরে মতম"
'ইক' না ম্বাহৌ 'ইক' না থৈজ
তমজরকই পাউদম।
থংপি পিনা তাজৈ চোইনা
মুজা মাগী পাউদম,
শমজিন পিনা মতৎ খুদিং
খুলি পাউফম।
"তোলি লম্মল মীকোক 'হুমগী
মুজা ওইবী পুন্সি,
কোক্লম্নগে লম্মল 'নীগী
হয়েং কোবা নোংসি!
কারসমু মুজা ঐবু
লালোই কাদা লৈরাং
কোক্লসমু পম্হৌ ম্বাশক
ফুক্লসমু ফলাং!
শিংলসমু থম্বায় মমল
তোল্লক্লিবা লম্মল.
কোক্লম্নগে পম্হৌ কাদা
মচা ওইবই লম্মল!
ইম্নম্নগে পলেম মপাউ
ঈংজ্রসমু থম্মোয়,
শিংলম্নগে থোম্লাং মমল
ঈংজগ্রগে উনগোই!
কৎগ্রবনি নঙ্গী কাদা
মুজা ওইবী থম্বায়,
হিংলুগবা কয়া কুইনা
থোক্নে মপাল থম্বায়!
লোয়জবদ নক্তে লৈখোক
হৌগ্রবনি তৎপা,
য়াঙ্গবদ মঙায়রেদো
মশিং 'মনা শোন্ ফা!
মকেম্নি ঙসি হয়েং
শোয়ররোইকো পাম্মু
থঙ, মুংশি নঙবু!
ওয়োই চৎপা ইদোম,
পনবদনি মতম খিত্তং
পাঙ্গল শোনবী ননাও ঐনি
ঙাইগে নঙবু অশিথেন্দা
মুঙোল চীংদোল লোম!

লৈরমগেকো লৈশা লক্তা
তপ্নক্নু য়ানি ননাও
হৌখি তন্ন পিগী ঈচাউ
মেঙ্কে য়াথোং চৈৎ ফিনা
থৈখ্রে চৈথৈ ইক-ইক্ন 'তুম
হল্লে মঙদা তুমিন চলাগ

পাম্মু নঙ্গী লম য়েং,
হোৎ খোঙহৌ খিৎ থেঙ্!
তল্লে হোগে ঈরাউ,
খিংজৈ ইক-ইক ঈরাউ।
থল্লে মুজা মপাউ,
পীদে করি মপাউ।

নোংমা হৌখি নোংমা কারক
হৌরে লোইনা লৈবাক মায়াম
নীপা থঙদে হুপী অঙাং
ঊরু লুহোং মতম ওইরে
সি সেং সি ইন সিমা শিবা
চহী মতাং চানা চানা
মকে সেমডৈ পুনৈ লোইনা
মপুং ওইব থরদংগী
লীলা পাম্বা মপু মানা
তাখি মশা তংখাই সেমখি
হুরা মানা হেম্মোইনবৈ
লেপখি পলেম মানা য়ুক্ষম
নীপা ওইবা মবুক ফাবা
মথোনিদো হুজাশিংগী

লাকখি লুহোং 'হুমিৎ,
য়েংনৈ লোইনা হুমিৎ।
অহন থঙদে নহা,
হৌনৈ তহা তহা।
লাওনৈ লোইনা মকে,
সেম্নৈ তন্না মকে।
পুকপু মরোঙ মরোঙ
য়েংসি অতুক মওং।
শান্ননীঙু লীলা
নীংথিজবী হুরা।
পোকখি ঐথোয় মীরা,
শিহ্লোইদো হুরা।
লীলা মফম য়োকপা
কদৌ থাঙমত্রবা।

শমজেৎ হাৎনা হাৎনা থক্তৈ, ফুজা ওইবী মানা,
কেতুম কেগে ঙসি সেমগে ইশক য়ৌনা।
য়েংনসম্থু লোইনা ঐবু নিপা ওইবশিংনা
হেঞ্জিন্সম্থু কল্লকচবা ঐখোই নিপাসিনা।
শমজি পুন্না পুন্না থক্তৈ অমুক ফুপী 'মনা,
থম্বল্লক নীপা মাপ্পী ফনবা পনফম লান্না।
শীংনগেদো শকফজবা কোম্ম মাগা ঙসি,
থঙজসম্থু নীপাসিনা খীবা নত্তে ঐসি।
মহাকপংপ্পী লানবা সারি পনফম মানা তবাই,
কল্লক্কহনগে ইখুৎ চনগে ঙসি অমুক তরাই।
য়োংঙৈজে 'মনা শমজিরৈদা ফুংশেল অনী থানা,
ঙন্সি কোবা য়াওনি শোয়রোই থক্তৈ য়েংনা য়েংনা।
মাবুদদি মকারগে মানা হেক হেক চেন্ সাই
থঙনা থঙনা থঙজিন্নদ মাবু ঐনা খোয়দাই।
ইচু তিল্লি হায়নসম্থু থক্তৈ কনা 'মনা,
শেৎপা চাবা মরাংকায়দা খন্নসম্থু 'মনা।
লোইবা লৈরোই থম্বা নাইরোই মপূং মক্ক তম্বা,
লোঁতিবনি 'মুক্সু মরোঙ ঙস্নি করম থাবা।
নীপাগীস্থু অসি মঙায় সেমৈ লোইনা মকে
মপূং ওইনা পুকপু 'মদা ফুজা মবুক ফাগে।
পুক্কী সেবাদনা চেনবা লাঙজবদ পাম্বা
য়াওহৌরগা লোইরে খনবা অঙাংদনি কোম্বা।

তিল্লি হৌজিক লুহোংফমদা লোইনা মীথল সুনা,
রাৎলিববু চলামদনি লৈতে অতৈ কনা।

"লমজা ঐনি লম্না য়োকপা খল্লি হুংদা চলাম,
শারা ঐনি শাশীং চনবা চাউরুই করি করাম!
সনা ঈচীন মদোম শাৎপী হুজানিদো 'তিরেন,
সনা কোকথোল লৈতেং ওইনো তম্বা মানি শীঁঙেল।
থীনমক্কু তম্নম্মিদ নোংদম নঙনা নোংদম,
ছিংখিগবা কয়া কুইনা মতৌ করি করম!"
কংই থম্মোয় মশ্মি থরায় লোল্লি সোর পাবোৎ
ঈংদে খংগোল পামেল উরুম লৈতে ঈংবা কৌ' পোৎ।
উরুই শীঁঙেল লৈরাং চাকই চুইদো হুংদা মৈবুল,
তারুই চেক্লা ফুইদো তম্না নাকোং শীংজা মপুল্ল।
হিংবই করি কান্নরিবা খনখি হুংদা চলাম—
লৈতে পলেম-পম্থৌ কৌবা লৈতে ঈহী কনাম।
লৈগুম তৌরম্মিদো নোংমা হুজা ওইবী মাদং
তারে ঙসি কৌবা নোংদি মঙদা তশেং মঙত্রং।
থক্লসম্ব পুন্সি-ঈচেল মূৎলসম্ব ঈফম,
লোইরসম্ব অরা-লীলা মম্নসম্ব মফম।
ঈহৌখিদো তরঙ লাইজ শিন্থখিদো শিরাং,
চতুম চতুম লৈদা ফাওখি মমি হুজা লৈরাং।

নীংসিংলকথি নোংজা রাকম          মথং মথং তেংথা,
তারি তুংদা তুংগী নাকোং          তুংশিখোয়োয় তেংথা।
ফাবি মিরাং মরী'মনা          কেম্লে কেম্লা উনা
তাদে নৈদা নৈদো তুন্দা          হাইনা অতুম তাউনা।
উনা মাগী মতম হাইরি          তাউনা তুন্দা চলাম,
শোল্ল' তুংশি-লংলা 'মনা          তকপি কোংগোই তন্ লাম।
নৈরি 'তিবেন শিরোই চলাম          থানি করম থরায়!
রারে রানা নৈরিমথৈ          পুনি অতুম থরায়।
নৈখোক হান্না লোয়রবনি          সুজা-নৈরাং 'তিবেন,
অতুক য়াঞ্জরয়দনি          মশিং 'মনা শীঁডেল।
শিংলে পলেম-পস্থৌ লম্মল          কোক্লে মশাই লম্মল,
তোলি 'তুবু অমথক্তি          তুংশি মাগী লম্মল।
লুদে থোইনা ঈবা হকচাং          য়াইরম থম্না নৈদো,
খুরাই তাঙবা চিরাই তাঙকা          অমাই কয়া নৈদো।
লুইদো পুক্রীং মাগী লায়না          থম্মোয় মাগী মৈচাক
অমাই লোইনা চম্মি অতুম          চাম্মি লোইনা হিদাক।
সুয়ে কোরৌ শীংবুম মঙা          মরাম কোইনি চৎপা,
কোইবা কৌবা রাদি থমসি          তাখি অমং কুম্বা।
লাক্লে মপাউ পোঞ্জেনকোন্দা          থৌগনপাউনা লালোই
চেল্লে তম্না পলেম-পস্থৌ          লালোই কোন্দা তবোই।
কেমগনি উরে নৈরাং          নোংম-নীনিদংদা,
লোইরে লেপ্পে নৈমা-নিংথৌ          হন্দকীদি 'সিদা।

নৈবা য়াদে পোক্লেল নিংথৌ    য়াদে পোক্লেন নৈমা,
কংথি থম্মোয় পুন্সি-ঈচেল    তমথি থক্লৌং-থক্পা।

পাথৌ নিংথৌ ইচল নৈমা    তাও নংসু মাক্লৌরেল,
শীকু নোংদম নোংদম মাগী    লোইবা তারে লাংলেল!
কোরৌ শীবুম মণ্ডাদনি    ঙসি কৌবা নোংদি
ইমোম মানা পাথৌকোন্দা    থোঙদাজখিবদি—
কোল্লি পোক্লেল চাক্লম ইনম    তিন্দ্রি লালোই ঈশেং
চুদ্রি লালোই চাক্লম ইনম    শেংলি পোক্লেল ঈশেং!
ওকহৌদ্রিদো ইমোম কোনবা    কোঞ্জনীংডি পাথৌ,
শীংডেল মতম কেনডৈ ইমোম    পীনৌ ফিমল মাক্লৌ!
পোক্লেল ফুঙ্গা ঐথোয়গীদি    পোৎলোই মরম সুইদো,
ঈশিং—ঙুংশিং-মৈগী-নৈগী    চৎনৈ লোইনবদো!
লালোই ফুঙ্গা নথোয়গীদি    থাম্বী মৈগীদনি,
ঐথোয়গীদি মীশক য়েংনা    পোৎলোই শীন্নবনি!
শীঙ্গরুগে নৈগী পোৎলোই    অমং চনগে ইমোম
কুমণ্ডল থুদিং মংথোং হাংগে    উন্নজগে ইমোম!
চরৈ ফিগাউ সাজরিয়ে    য়েচৈ ঙক্কা ফিবুম,
চিকচরিয়ে য়াদা তিংথৌ    পীনৌ ফিমল ফিবুম!
হিংনা কোনবা নীংথুংহৌদে    কোঞ্জরুগে শিনা
মদোম শাৎপী ইমোম্রিদো    নৈতে অশক কনা!
চীঙ্গোয় চীঙ্গোয় নোংথোংবগুম    কপথি পোক্লেল নিংথৌ,

কপথৈ কপ্লে নিখি নৈমা
উটৈ পলেম-পম্বো মতৌ
নীংথুংজয়ো পাউতাকপিখি
চৎলে 'ড়ুদি পাথৌ নিংথৌ
মৈওক শীংউ চল্লুখিগে
পীনৌ ইবুং নিংথৌ !
কপখি লালোই নিংথৌ
রারুম্ন পাথৌ !
চীঙ্গোইরকই মুংয়াম
লৌনৈ বিদায় তরাম।

য়ৌরে মুংয়াম মরানয়াইদা
থীন্ধখিদে মিকুপ অমা
থেংনক্সরে চলাম মাগা
মদোম চিপক ফমজরিছৈ
উরু চলাম মাগী মতৌ
হিকথখিদো অমুক হেন্না
পারি চলাম লাম্লে ইপা
'ড়ুবু লঙ্গে লওবা নত্তে
হৌজিক লীবা মতম নন্ত্রে
লাকখিগনি মতম নোংমা
খুথারেদো অমাইশিংনা
নীক নীক লাউয়রবনি থঁড়ু
হয়েং নোংনা ফুংদ ঙানবা
থাম্বী মৈওক্সি পারি
চীঙ্গোয় চীঙ্গোয় চলাম মাবু
ঙংলুরবোই কপফম কপখি
থনখি থিগে চলাম
য়েংখি থক-থা তন্ লাম।
লমজাউ লম্ঙাং 'মদা
পিদি চতুম মিত্তা।
হান্ন 'হিরু' থম্মোয়
ঙমজখিদে ·কপ্লোই।
নথোয় 'নীগী কাদা,
থঁড়ু অতুম ঙুংদা !
থীনথরনি চলাম
শেংসি তরাম তারাম !
নচন নঙ্গী 'তিবেন
কেল্লগনি শীঁঙেল !
চৎলু শীংউ থাওবা
শীংনা নঙনা থাওবা !
কোনখি চেঙেৎ মুংয়াম
মথোল থোক্সা চলাম।

ভা-ওন শাওন থাঙলে নোংজা    ছুম্বা য়াদে চলাম।
উগুম ভোই হেক হেক 'তিবেন    পায়গুম ভোই খুবাম।
য়েংই তরোই হায়গুম ভোই    চরৈ ফিরোয় তন্ য়োম
পাঙ্গল শোনবী ননাও ঐনি    চংশা ঙরোই ইদোম।
থঙদে চলাম অঙাংনিনা    কপ্পি চুম্না অহুম,
থম্মুং তাইবং লমদাইসুংদা    থেংনৈ মিথাং 'নী 'হুম!
লাক্লিবোইদো হুজা মিথাং    চিরক্রবদা তান
হুংশি-কাদা পাউশিরমগে    চংলে তাইবং তন্ লান।
'শিনি থমদে হুংশি মংদা    চেল্লি অমং তন্ লান,
থক্রবদা হুংশি ঈচেল    হিংনি করম ভেংবান!
তিল্লুগদোরিবনি 'মুক    মতম মাগী ঈচেল
ঈরাউখোল্লোয় ঈচেঙ্খি    থম্মুং ফাওনা 'শিথেল।
পাউপীরবোই মিথাং মানা    চলাম মাগী কাদা
"কেনখিরম্বা থোক্লো" খুকখি    "করি ওইবা" হুংদা।
হোরে তম্না তন্নে উগং    শম্ খুত্তা শীংজং,
রাজরিয়ে তৈথোকপদা    ঈহোবনা তরঙ।
কপ্পু চলাম কপ্পু থরা    য়াংনি থরা থরায়.
কোম্নি খিতুং রাথরবা    নঙ্গী হুংশি-থোগাই!

চংলি চলায় শুন্দা চংলি    থঙদে মায়ৈগে শলাই,
য়োরবোইদো পম্বোং ময়া    লেপ্পি মথোঙ তন্ হাই।

য়েংউই লম্বী খোৱাং খোৱাং
নীংসংলবোই লৈত্রে 'তিবেন
চৎলি পঙচৎ অস্নুম অস্নুম
থেংনক্লরে তলা অমা
নেম্লেম্লেবা তলানিদো
হৌরি মেলৈ পান্দোং-পান্দোং
তম্নি লৈশাৎ চরোং চরোং
পান্দোং অমা তম্নি লৈশাৎ
স্নুংশিবগী মতাং অহুম
শক্কা শক্কা চিলোক্কু
ৱারী ৱাতাই সানজঙৈ
ঙানা থেংনা পায়না খোৎনা
লৈৱাংসিগী মহাকথংনি
ঈপাল ফনা ঈৱাউথোক্লোয়
নোংমা লৈমেদ্র লৌতা লেংনি
কোরৌ মানা কোঙ্কোন্নবক
লাকখি তলা উখোংসিদা
চিপক পোথা তাঙ্গনীঁঙ্
উক্ন লৈশাৎ তম্বা চরোং
লাম্মুই 'তিবেন থোকখি ৱাংলপ
কাঙজৈ খুনীং য়েংই চলাম
খিত্তং অমুক হেন্না কাঙজৈ

'সিনি লুইদো শাহুল—
ঙুঃ চৎলি খোঙদোই হুল।
লৈতে করি পনলেপ,
লেপ্পি তম্না খংলেপ।
উকা লাম্বা ফংবা,
তলা উকা খুংবা।
উকা য়োম্না লৈৱাং,
থাদা ওন্থ 'কা লাং।
স্নুং—শি—বা—
পোকচৈ কোক্কী স্নুং,
লাকচৈ মথং শি—
য়ৌজৈ মৈগী বা—
স্নুংশি ঈপুং ফাবা
ঈচেন্নজখিবা।
পাথংলোন্না পাংই,
লোইনা পোথানরি।
'তিবেন-চলাম অনী,
অচিক লমদাং তন্লী।
লৈপাক্সিমণ্ডদা
স্নুজা মাগী কাদা।
তৌই ফংনীং ফংমা,
তৌই শোক্নীং শোক্না।

তৌরুই মশা খিত্তং ঈল্লপ
শামাম্নবী মাবু তম্না
ফংজনীঙ্ক লৈরাং
ফজা ওইবী লৈরাং

থাখুমফিনা য়োম্বহৈ
নিরে নিনা পীদহৈ
হৈহাউ অনী পুবহৈ
চাদা কাদা পুম্নিহৈ
মায়থোং লাংনা থাডবহৈ
কোংগোম্নরু চরৈফি
থোকখি হৈজীন নাগিবী
লাঙ্গোই য়াচু মানবা হৈ
মুন্না মুন্না চাবহৈ
চারে চারে পেন্দহৈ
থংলেন কাদা থোৌগাইহৈ
চেংলৌ লাংলপ চাবহৈ
হাইগচ্চরু নমথাংফি
উখি তাউজিং তনৌবী।

নীনি পানবা থাক্ত মতম
থোইরাংজখি থোইনা চলাম
থমজিন্নজ লৈদা মিৎফম
লৈহেকপীনীং সাজিন্নজ
তমখি তন্না তাউজিং মহাউ
ফজা মাগা চলাম মাগা
ওয়না হৈরাং কোংগোম লোইশিল
পীথি চৈরাক চলাম মাবু
"ইকাইদরা ইকাইদবা
ফুখি তপ্পা নানি মতা
য়েংখি কল্লপ মিচ্চি নোকফেৎ
ফাওখি মশেক মডাল,
উরু তাউজিং মডাল।
থমখি তাউজিং হৈদা,
চঙ্খি ফজা নাক্তা।
কোঞ্জরিবা ওয়না
মুন্না মুন্না মুন্না।
তরোই তরোই মায়থোং
য়েৎকী থুৎনা তন্ থোং
শাংলি করি নথুৎ"
চলাম মাগী মথুৎ।
পাম্মু মাগী মায়থোং,

থকখি পেন্না চলাম-থোইমু
সুংশিবগী অহুমশুবা
তাশোন্নিদো থৌখরবা
উথি শংশং চলাম মানা
পুঙমখিদে থল্লু থরায়
মঙলাক্রম মঙলান্দুদা
হুঙাইরম্নি কপখি চলাম
কান্নরিবা করি অমুক
ওঃ থিরিবনি মৈওক-শীং
তুম্মা কারবা চেক্লানিদো
য়েংই কোয়য়েং কোয়ঙাওননা

চৎলি চলাম অস্তম মঙদা
উরু লাউথি থুক থম্মোয়দা
উথি তাউজিং হৈখুনখিভম
তাখি শীংজং পুক্তগী
ফমদে কদায় লৈতে ভাওখি
লাক্লরোই ঐ নখোঙসিদা
য়েংউই হঙ্গৎ পামেল লৈহাউ
নীংসংখিদো হুজা লৈরাং
মিত্তা পিদি চহুম চহুম
তন্নমাল্লে ওইনৌ শীংবু

হুজা লৈরাং মায়থোং।
পায়খি তন্না মতাং,
লাকউ কায়ন-মতাং।
হুজা লৈরাং 'তিবেন,
লোইরেদকো শীঁঙেল।
মংজন তন্নম্নবা
থোকখিদ্রেদো 'পাম্বা।
হিংলুবগী 'সিদা—
চৎলি মফম থঙদা।
পাইরি তেংথা তেংথা,
চাক্তা চাক্তাকমদা।

য়েৌখি লৈহাউ মখোঙ,
লেপখি তন্না মখোঙ,
শীঁঙেল লৈখুনখিভম,
উথি হুজা শকফম।
করি মতৌ কৌবা,
তলা অমুক কৌবা!
উথি কংলে তলা,
উরু কংবা তলা।
কাখি লৈহাউ লৈপাল
তলা 'সিনা উপাল।

কংলি তলা লৈহাউ নঙদি
কংলে ফুংশি ঐগী 'তিবেন
কংলবনি ঐস্ম তলা
থঙদে চলাম কংলি লৈহাউ
লঙথোকউরো করিনিমা
শেংদোকচৈদো মশা তন্না
কংলিবনি তলা চাদো
লাঁঙ্ পাম্মু-ফুংশি কাদা

ফুংশি কনা মশুং,
নোংদম থীবা ইশুং।
পাম্মু মাগী মশুং,
নীঁঙমদবা মশুং।
ফনা পোকপা পুকচেল,
নীঁঙমদবা মৈ শেল।
নোংদম মাগী তন্ কাউ
নীঁঙমদ' মৈনা হাউ।

তারি 'তিবেন তনৌ তনৌ
কোল্লি পলেম হিক্লা মমোম
শিন্থরিয়ে তোপ-তোপ তোপ-তোপ
নোংদোন লীক্লা ফুবা মতম
কল্লিদকো তমথিনস্ম
হেক্তোকপিরি তহা তহা
চাইথোকপিরি শিঙ্গারৈবু
ওক্তরিদো তদেক তনৌ
নৌমল্লিদো ফুংশিকুরোই
খিকপি ঈরা নোংদোল লীক্লা
শম্নথিরু মতম নঙ্গী
কদোকুনি থোৱাংজৈদো
লোইদো লৈৱাং মাগী পুন্সি

লৈমা কৈরা থক্তা,
পিদি চতুম মিত্তা।
মমোম মাগী মায়দা,
লৈৱাং শিঙ্গারৈদা।
মতম নঙ্গী থম্নুং,
লানখিদোরে ইম্নুং।
শান্নরিদো নঙদি,
লৈমায়থক্তা মাদি!
ওকপি হানৌ তিংথৌ,
উরু লৈৱাং মত্তৌ।
মন্থ পুবা নখুৎ
থৌজাল খিবিক লিং খুৎ।
থাঙমুথক্তা অতুম,

শিদয়াইস্ত নাদয়াইস্ত
তমথি তময়থি তমথিদকো
শন্দিয়া নঙনা শান্নবিবা
চুম্মি থন্দে শান্ন' কনা
শান্নবদ মথক্লিদো

করি চঙদ অতুম।
তমথি নঙ্গী লীলা,
তাইবংপান্দা লীলা।
শান্ন-পোগী ম্লাখল।
পুদে অতৈ ম্লাখল।

তনৌ লৈশাং তমজবীনি
লৈরাং মদোম শান্চবীনি
ময়ংশি কনাই থম্মোয় লৈনি
অপাম কনাই মায়োক লৈরি
শান্নবগী ঈরাংদদ
য়েংলু শান্ন-মরম হাংকে
হেক্কোকপিথি তহা তহা
হেক্কোকপিগুম শান্ন মানা,
কেল্লে তনৌ ময়জা লৈরাং
ওইখি লৈশাং থাঙমুখকী

য়েংম্রবোইদো মতম,
থন্দ্রবোইদো মতম।
ঊদ্রবোইদো মতম,
থঙদ্রবোইদো মতম।
লুপথ্রবোইদো মতম,
খল্লবোইদো পোকম।
লৈরাং ইঙেল্লৈবু
শীঁঙেল শিংগাইবু।
কোলোয় ময়ংশি 'তিবেন,
তাইবং কোন্দা শীঁঙেল।

হৌথি তম্না লালোই কোন্দা
ইপাথথি থোংনা লাউনা
মাঙলেদকো ইমোম লাংলেল
ঈথিম্নথি ঈচাউ 'দুদা
ইমাই ল্যাংলেল মাঙলেদকো

থংহো পিগী ঈচাউ,
শীনথি মায়গৈ ঈরাউ।
তুথি হাইহৎ মুংরাম,
তোয়না তোয়না কয়াম।
ফূথি লৈমায় লৈমা,

ঊথৌনখি শিগী ঊহৌ
উঁখিদেদো মিৎফম 'মক্ত
য়াওখিদেদে চীনফম 'মক্ত
কংখিবগ্না থম্মোয় পুমকং
চাকখিবরা থম্মোয় পুমচাক
য়েংই শুন্দা ভুমিন অস্তম
থল্লুবগ্না "চৎপা ঙম্লোই"
ভুমিন য়েংলম শুন্দা অস্তম
খোঙপাল্লগে থল্লুবগ্না
কেল্লো হৈমুন ফাবা হৈনা
কেল্লো হৈমুন লোইবা হৈনা
হৈমুন লোইবা হৈনি চলাম
কেল্লক উদই লৈদা তাদ
কেল্লে ঙসি মুজা লৈরাং
য়োয়ে লৈইদা তোক্লরে পুমতোই

হাপখি ঈনোং অশাবদা
ফনথি মৈচাক চাক্লি' মৈদা
পুন্নো ঐগী ইরানয়ায়দা
থম্ন্, তম্না থাখি মৈশক
চৌঙোয়রকই পোক্কেল নিংথৌ
থৎথিবোইদো মিৎকী পিনা

য়েংবা ঙমদে লৈমা ।
পিরাং পিরোয়দবা,
তেম্পা খোল্লোয়দবা ।
কপ্পে চলামদদ্রি ;
তাদে শিস্ম মাদি ।
থঙদে করি থল্লি,
"মুজা মদোম" নীঙ্গি ।
তাখি লৈদা পদাক,
কুংশি নাক্তা মহাক ।
কায়দবনা নঙ্গি,
কায়জবদ থংই ।
কেঙ্গ, কেল্লবনি,
'তুক ময়াম্লুবনি ।
লৈত্রে মাগী পলফম,
লৈরি করি হিংফম ।

পোক্কেল নিংথৌ কাদা ।
পোক্কেল লৈমা কাদা ।
খ্রাগী দোলাই থক্তা,
ইমোম মাগী ফমদা ।
খ্রাহৈ মতং মতং,
চৌঙ্গোয় মাগী মতং ।

হোৱে মৈওক মৈফম 'অনী
পোঙ্গেল নিংথৌ মরানয়ায়দা
হৌথি হান্না লালোই মৈনা
কাথি কায়দে অস্থুম ব্বাংনা
নোংদোন সুংশিৎ ফংলে ফংনা
তলা মতম শাংদম ব্বাংদম
মৈযুক্তবা মৈফন্নিদো
লাংলে সুংশিৎ চোইথিদেদো
থোজু নুংঙৌ য়ুম্বী মতম
কোরৌ মালেম অনী তুথি
নোংদোল খেৎপা মৈখু য়ুম্বী
করি মতৌ কোরিবনো

লালোই কোন্দা অমা,
নিঙোল কাদা অমা।
কাথি মৈখু হান্না,
নোংদোন নোংমায় খেৎনা।
লেঙদে করি মৈখু,
লেপথি য়ুংগুম শুক্কু।
কারকথিদো অস্থুম,
তিচৈঙ্গে হেক্ক অতুম।
তাশিল্লকথি অস্থুম,
ইরেঙ লেঙদ অতুম।
উটৈঙ ঙকথি লোইনা,
হংনথিদো লোইনা।

কোরৌ য়াচঙ তগ্নে উরে
পোঙ্গেল তিয়া লমথৈ সুংদা
অস্থুম কায়ক অস্থুম কারক
উনরবোই মৈখু অনী
চীলোক্লথি মিকুপ 'মদা
ব্বাথৈথিদো অস্থুম সুংশি

লালোই মৈখু মতম
মৈখু কাবা নোং তম।
তুথি নোংথক-নোংথা,
পাইশিন্নরে থক-খা।
তাক্লিন্নথি 'নীদো,
পাম্মু-সুংশি 'নীদো।

থুম্লে ফিবুম চরৈ ফিমল
খোঙদোইরক্লে মরানয়াইদা

পোঙ্গেল লৈম-নিংথৌ,
কপ্পা মমোম 'মুক কো

লমশাং শিৎপা তেংথা নাওই
"ইচা হাৎপা ঐননিকো"
ইহাকথংগী মুৎলে ফুঙ্গা
"তমখিবোইদো মাঙজো লোইনা
"উৎলুসিবা করম ইমায়
করি হায়না চীঙ্গোয়রুবা
অঙাও মতম লোনখি নিংথৌ
লৈমা মাস্থ অহু মঙায়
ঙম্নি করম লেমজরুবা
মথাই মচা কায়নরবা
লৈরি করি কপ্পোইদোবা
চৎলি'তুনা তেংথা 'নীদো

চলাম্বু 'মুক কৌ—
চীকখি খদাং নিংথৌ।
পাথৌ মেলৈখোম্বা।"
তৌজখিমল পূম্বা।"
পাথৌ মাগী মাঙদা
হয়েং কোরৌ নোংদা"
লমশাং শিৎপা য়াংদৌ,
য়েংহৈদেদো মত্তৌ।
মানি লৈম-নিংথৌ
মানি পলেম-পচ্ছৌ
লৈরি য়াংদৌ!
লমশাং শিংনা য়াংদৌ।

উন্নরেদো পাম্মু-খুংশি
পোঙ্গেল নিংথৌ মথৌবূ্দা
সেম্লে কূফাং পোঙ্গেল নিংথৌ
চল্লে অমং মমোম মাগা

কায়নরুবা হিংনা
ঙসি অমুক শিনা।
মিৎকী পিনা তন্ চাম,
মচা শকপা চলাম।

( খুংশি-রাথৈ মৈথু 'নীনা—লোইরে 'সিদা লীকথোম। )

---

# শৈরোই

কৌরৌ লৈনি ঙুংশি মাদি  চাজৈ কোরৌ ঙুংশিং,
লৈচু হেক্ত ওক্তে তন্না  চারে মালং ঙুংশিং !
নীনি স্থনা পানবা ওমদে  মালেম লৈদা ঙুংশি,
লৈচু ওক্তে হো'জৈ কোলোয়  অপাম কৌনৈ ঙুংশি।
কৎলুৱবা ঙুংশি-পূজা  পাল্লুৱবা শৈফম
কায়দো হেক্ত কোরৌ নোংদোন্  ঙুংশি মাগী খুভম।
পেন্দে 'ঢূবূ ৱাম্ম থম্মোয়  লৈৱাং মাগী লৈকেল,
কপচনীঁ ভি কপচৈ হেক্ত  শীঁ ঙেল মাগী মকেল।
উক্ত চাকপা কুমগী লম্মে  নোংদোন খোনবা মৈখু
উগুম তৌই চলাম-'তিবেন  পাম্মু-ঙুংশি তন্ তু।
লীজৈ অৱা-পোথানজৈ  ঙুংশি-ৱারী অসি
শিন্নৱমৱবনি 'ঢূনা  ৱারী অসে ওসি।

5421/Than